# চৈথাবা

# চৈথাবা।

৫৩। থিংগুজম মুহেনবা সাধা
৫৪। লৈচোন কোঙা লোঙবা
৫৫। লৈথা মানবা
৫৬। লমলৈ থামান
৫৭। অতাই অথি
৫৮। লাইরোকপা সামুরক
৫৯। লাইসিংঙা
৬০। অত্তোন সংবা
৬১। তারি য়ানা
৬২। হিনাওপম খোমবা
৬৩। ইরোম ফানামবা
৬৪। চক্রাম চাত্তা
৬৫। চবুংবা লোনকৈ
৬৬। তোনবা লাংগেংস চামবা
৬৭। য়াংঙমবম থোরি
৬৮। ঙাংলোঙা
৬৯। হুইরেম লাবা
৭০। লমলৈ খেঞা
৭১। মাইচনবা
৭২। থোংঙাম তেনবা
৭৩। ইরোম থংবা
৭৪। সোংলেন য়াম
৭৫। খিংবাই পাঙল
৭৬। পাংঙা লজা
৭৭। তাংবা ঙা লাবা
৭৮। সিনাইবা অত্তোন
৭৯। তোনবা সৈচোনবা
৮০। সেনলোইবা খোইয়া
৮১। খৌঙাইবা জিংখৌবা
৮২। খোইলাখোন থম্বা
৮৩ চাওবম থমবা পাওচংবা
৮৪। কোনসাখা লম্মা
৮৫। হৈয়াম মালং
৮৬। খুরাই ঙাসা
৮৭। লেংলাম থা ঙা
৮৮। খুমাই তেরাইবা
৮৯। তারি হৈয়াংথাং
৯০। অত্তোন বাদুমবা
৯১। লাইতোন বানামবা
৯২। পাকোকপা পাংয়া
৯৩। নোংলুমবনু খেনজৌ
৯৪। নমবুজম নুবাং
৯৫। মুবা খুংহৈবা
৯৬। হৈয়াম বাকচিং
৯৭। মুবা লোম্বাই
৯৮। সারা খেম ঙাইখেমবা
৯৯। খোংকচোম পাঙন
১০০। সারাংখেম অমুথোই
১০১। সারাংখেম নুথোই
১০২। খুম্বেংবা
১০৩। বাহেংবম দম্মা
১০৬। ওকপন তেলা
১০৫। য়েনখোইবা মুবা
১০৬। হিজবা তাবা
১০৭। খুরাই হৌবম
১০৮। লোইতোংবা তেংকোন
১০৯। হবা বা
১১০। খুমাই চিংসোংবা
১১১। তেংকোচ ইবা
১১২। তোনজম নুপা

# চৈথাবা।

১৭৩। হারোইবম খোইরি
১৭৪। লৌক্রাকপা পোয়ৌ
১৭৫। মোইবুংলোকপা খোংসাং
১৭৬। চনম সামু
১৭৭। বাংথৈ লোন্দাই
১৭৮। য়েনখোইবা থবা
১৭৯। হাইস্নাম রুপা
১৮০। সাইয়োম মাইমু
১৮১। লাংদে ময়াং
১৮২। য়াংঙমবা কোইরেং
১৮৩। কৈসাম লনহাং
১৮৪। নোংপোকপম খোইবা
১৮৫। ঙাংকোম পুনসি
১৮৬। চনমবা চাওবা
১৮৭। বাংথৈয়াকপা খোংবোম
১৮৮। থৌনাওজম মাইমু
১৮৯। থৌনাওজম মুমা
১৯০। সত্রাম লুকোক
১৯১। হাওইবম অমু
১৯২। কৈসাম অমু
১৯৩। নোংলমবু লাংথৈ
১৯৪। হাওবম মুংয়াং
১৯৫। য়েনখোইবা লাংথৈ
১৯৬। চনবম সানা
১৯৭। হাইস্নাম হিয়ামবা
১৯৮। সাইয়োম মানশৈ
১৯৯। নিংথোমবা মাইচৌ
২০০। হাওইবম লনহাং
২০১। অয়ামবম খুদ্রান
২০২। থুমুকচম মোইরাঙমবা
২০৩। মোইরাং কোংবাবা
২০৪। নোংজেংবম খোবা
২০৫। অসাংবম অয়োই
২০৬। অসাংবম বামোন মুনি
২০৭। হৈস্নাম অতোন
২০৮। থৌনাওজম থঙম
২০৯। থৌদাম খোংজোম্বা
২১০। বাংথৈয়াকপম কোংয়াবা
২১১। অথাম ঙাইখোম্বা
২১২। ঙাঙোম চাওবা
২১৩। ইয়োম কোইজোম
২১৪। অসাংবম হাওজৌ
২১৫। চোংথাম লমসং
২১৬। হৈস্না লাইবা
২১৭। সাইয়োম পনসা
২১৮। হাওইবম ক্যাম্বা
২১৯। কৈসাম ওম্বা
২২০। থৌদম হৈতোন
২২১। মোইরাংথেম ইথাই
২২২। বারেপপম মেরা
২২৩। মৌইরা খেন্দৌ
২২৪। নোংমাইথেম লোইজা
২২৫। য়েনকোকপম লেংহান
২২৬। নিংথোমবা ক্যামবা
২২৭। মৌনসাং তথেন
২২৮। সাতোক পাসাইবু
২২৯। সোইরাইসম পাঙন
২৩০। চিরোন ওমমা
২৩১। থোংগাইমন বাকোং
২৩২। মসম লুরাং

২৩৩ । খুমনচাকপম লমফেল
২৩৪ । লৌক্রাকপম মোইরাঙবা
২৩৫ । বাবোন কংগারাম
২৩৬ । খেত্রি গদাধন
২৩৭ । খিংবাইজম কান্থু
২৩৮ । লাংপোক লাকপা মোইরাঙবা
২৩৯ । মোইরাং কোঙ্গিয়েং
২৪০ । কবো লাপেং
২৪১ । গুগুহ ক্যামবা
২৪২ । কলম লমজা
২৪৩ । থাংগা ভখেন
২৪৪ । স্নসম মাইজৌ
২৪৫ । ঙাইরাংবা মুংয়াং
২৪৬ । কোনসম মাইমু
২৪৭ । খুলেম পাওন
২৪৮ । মোইফেংবা মাইতেক
২৪৯ । নোংথোনবা সাজৌ
২৫০ । লুক্রাম তেনবা
২৫১ । কোনৌক কোংয়াম্বা
২৫২ । থৌনাওজম ময়াম্বা
২৫৩ । লাইসংবম অকোং
২৫৪ । ক্যাংথোং মেয়া
২৫৫ । চবুংবম ৱাকচিং
২৫৬ । খিংগুজম অমু
২৫৭ । থাম্রন চিন্জুম
২৫৮ । নানদৈবম লোথন
২৫৯ । নাওসেকপা চিংবন
২৬০ । ঙায়াং য়াম্বা পন্নিং
২৬১ । সমাম পদি
২৬২ । লাইশ্রম কংগারাম
২৬৩ । বামোন পিতম্বর
২৬৪ । জয়কৃষ্ণ বামোন
২৬৫ । বামোন হরিনন্দন
২৬৬ । লাইশ্রম পালোজি
২৬৭ । লাংমাইথেম কিয়োং
২৬৮ । মবোং থাংলাবু
২৬৯ । মাইমা পুরেং
২৭০ । নোংথোনবম মুবা থমজোই
২৭১ । লাইরিকয়েংবা মক্রনা
২৭২ । চিংস্নবম হোংবা
২৭৩ । তবাইরংবা অনিরাম
২৭৪ । হৈস্নাম থোংঙম
২৭৫ । সেকমাই মুঙা
২৭৬ । অকোক সাগোবিন্দ্রাম
২৭৭ । মাইবম চক্রোপানি
২৭৮ । ভাখেলরাম চয়োন
২৭৯ । ৱাইখোং লমথাং
২৮০ । তাই তমতম তাংখুল
২৮১ । থাহেংবা ওক লাবা
২৮২ সঙাইপ্রৌ লাই
২৮৩ । লাইরিক য়েংবা মুনিরাম
২৮৪ । পুত্রগা পাঙন
২৮৫ । অকোইজম খোংচোমবা
২৮৬ । ৱাইখোম নাওসেক
২৮৭ । ৱাইখোম থোইদোং
২৮৮ । ককচিং কৈথেন
২৮৯ । ঙারং য়ানবা পোনসা
২৯০ । অকোইজম খোংচোমবা
২৯১ । নিঙোনবা থৌবা
২৯২ । খোকচোম কোইবা

২৯৩। লাইরেনজম কংক্রে'ম
২৯৪। সয়া সম চাইবা
২৯৫। কবোয়োক থুন
২৯৬। লাইরিক য়েংবা লারোই
২৯৭। খৌদাম খোংচোম্বা
২৯৮। মাইস্নাম পুংখোন
২৯৯। থাংগা থুনজাও
৩০০। লাইশ্রম অচৌ
৩০১। এনখোম খেংজম
৩০২। ইরোম কোহবা
৩০৩। মোইরাং পলেন্দ
৩০৪। থাংগা সেবা
৩০৫। কানজৌবা নোংশা
৩০৬। মুমনাম মরোক
৩০৭। নৈসাংথেম থাবম
৩০৮। খোংবম গৌরাং
৩০৯। সোইবম লাইবা
৩১০। য়াংলেম থুলিং
৩১১। সিনাম মুংয়াম্বা
৩১২। নোংমাইথেম অমু
৩১৩। লিকমাবা শ্রীধন
৩১৪। লাইশ্রম তাংখোম্বা
৩১৫। লেইতোংবা হরি
৩১৬। লাইরিক য়েংবা খেলারাম
৩১৭। য়াক্রুম্বা হরি
৩১৮। মোইরাং খেলরাম
৩১৯। খোকচোম খোংচোম্বা
৩২০। হাওবুজম হোংবা
৩২১। অসাংবম চাওবা
৩২২। ঙাংবম খোইবা
৩২৩। ওইনাম বলরাম
৩২৪। সোইবম থলিং
৩২৫। মুতুম কেন্দ্রি
৩২৬। য়াংলেম খুগাও
৩২৭। নিত্রাম
৩২৮। পুকথম তা খোম্বা
৩২৯। বাঙু হাওজৌ
৩৩০। থাংজম উরাবা
৩৩১। নিংথৌজাম্বা নব
৩৩২। মোইরাং মুকিন্দ
৩৩৩। য়ামবেবা শ্যাম
৩৩৪। সুরাংসোম্বা তুপা
৩৩৫। নাওরেম হোরি
৩৩৬। মুম নংবা লিজম
৩৩৭। সুরাইজম গৌরাহরি
৩৩৮। চোঙ্গোনবা রাপা
৩৩৯। হৈয়াম পর্ণ
৩৪০। মুতুম মুহন
৩৪১। অহোংসাংবা জয়
৩৪২। লোংজাম্বা পত্র
৩৪৩। অছেবা মোহোচিং
৩৪৪। ককচিং কলাসিং
৩৪৫। কমেং থুনজাও
৩৪৬। মুমনাবা কেবা
৩৪৭। নৈমাপোকপা
৩৪৮। পুয়াচুবা
৩৪৯। কুমদি থুনজাও
৩৫০। অত্রো গোবিন্দ
৩৫১। থিংজম চিংথৌম্বা
৩৫২। খুরিখুল চাউবা

৩৫৩। সেকমাই মেবসিং
৩৫৪। ককচিং শ্যামসিংহ
৩৫৫। লাঞ্রম বলদেব
৩৫৬। য়ুমনাম চাউবা
৩৫৭। খি,ওজামবা চক্রপানি
৩৫৮। থোকচাও চান্দ
৩৫৯। লৈসাংথেম দেবা
৩৬০। ওইনাম ব্রজ
৩৬১। সংরোথাইবা চন্দ্রসিং
৩৬২। বাইখ্বা হেম
৩৬৩। চনমবা ছুলহোব
৩৬৪। ব.ইখ্বা বিনোদ
৩৬৫। সোইবা বোলো
৩৬৬। তাওরিয়া কুটিচন্দ্র
৩৬৬। তাওরীয়া কুতিচন্দ্র
৩৬৭। মোইরাং চৈতন্য
৩৬৮। লাইশ্রম দেব
৩৬৯। লাইশ্রম পূর্নো
৩৭০। হাওরোংবম দেব
৩৭১। নাওরেম চাউবা
৩৭২। থাংজম চাউবা
৩৭৩। অবুজম কল্লো
৩৭৪। কাংহুজাখা খেমা
৩৭৫। থাংচ্রাকপা চাওবা
৩৭৬। হাওবিজম চন্দ্রসিং
৩৭৭। নোংথোমবম থর্ম্মসিং
৩৭৮। হৈকুজম চাওবা
৩৭৯। থোকচোম চাওথোই
৩৮০। ওইনা পূর্নসিং
৩৮১। রাইখ্বা দেবসি
৩৮২। হৈস্না থর্ম্মা সিং
৩৮৩। খোইরুবা নবশ্যাম
৩৮৪। নাওরেম পুনসি
৩৮৫। খুমোংবা বলসিংহ
৩৮৬। নাওরেম শাম্ভো
৩৮৭। লুরাং সাংবা গৌরো
৩৮৮। মাইব্যা সুবল
৩৮৯। অহোংশাং ছুলহোপ
৩৯০। সেকমাই লীলাসিং
৩৯১। সেকমাই ললিত
৩৯২। খুরিখুল চৈতন্য
৩৯৩। সেকমাই কমলসিং
৩৯৪। খুরিখুল লৈম্রি
৩৯৫। সেকমাই লালাসিং
৩৯৬। সেকমাই লবঙ্গ
৩৯৭। খুর ুল কুতি
৩৯৮। সেকমাই ফুল্লোসিং
৩৯৯। লৈত্রাম ললিত
৪০০। ককচিং লক্ষন
৪০১। সেকমাই রতনসিং
৪০২। খুরখুল পদসিং
৪০৩। সেকমাই কুত্তি
৪০৪। সেকমাই হেমো
৪০৫। সেকমাই লৈথোল
৪০৬। কমেং চাওবা
৪০৭। অঙ্গ্রো চাওবা
৪০৮। অঙ্গ্রো চাওরেন
৪০৯। ককচিং চাওবা
৪১০। সেকমাই লাবন্য
৪১১। অঙ্গ্রো ধনসিং
৪১২। অঙ্গ্রো ক্ষেত্র
৪১৩। খোংবাজবা চাওবা

৪১৪। কুমী অংহোংজাও
৪১৫। হাওবিজম চাওবা
৪১৬। রাইখোংরুপ চন্দ্র
৪১৭। ককচিং তোনজাও
৪১৮। চাইরেন তাইবোং
৪১৯। অঙ্গ্রো খেমা
৪২০। অঙ্গ্রো খুনজাও
৪২১। ককচিং কলসিং
৪২২। ককচিং চূরাসিং
৪২৩। লাইশ্রম মেঘো
৪২৪। ককচিং লৈরেন
৪২৫। লাংজথেন ঙোবা
৪২৬। কুমী অঙৌ
৪২৭। ককচিং তোমচৌ
৪২৮। ককচিং কালি
৪২৯। অঙ্গ্রো ভ্যাগ
৪৩০। অনঙ্গ্রো পাল্লসিং
৪৩১। অনঙ্গ্রো কনতসিং
৪৩২। অনঙ্গ্রো ঙোবা
৪৩৩। অনঙ্গ্রো পাবিত্র
৪৩৪। অনঙ্গ্রো গোপাল
৪৩৫। অঙ্গ্রো গোকুলসিং
৪৩৬। ওইনাম চাওবা
৪৩৭। অনঙ্গ্রো চাওবল
৪৩৮। সোইব্যা গোবিন্দ
৪৩৯। অখোকপাপূর্নসিং
৪৪০। তামইজাম্বা হেমো
৪৪১। সেকমাই চেতনা
৪৪২। মুতুম্বা ভূবোন
৪৪৩। ভাখিবা খামা
৪৪৪। হুইদ্রোম তোলপিশক
৪৪৫। খাঙেম্বা চন্দ্রসিং
৪৪৬। অঙ্গ্রো বীরেন্দ্র
৪৪৭। তেনসুবম চাওবা — ১১৬১ চন্দ্রাব্দ,

১১৬১— চন্দ্রাব্দ।

—( ० )—

## মথক্তা ইরিবা চৈথাবা।

মথক্তা ইরিবা চৈথাবা ৪১৭— অসি মৈতৈগী ভাল্লবা খাওৈম অমামমনি। তাইবংপানবগী ইতিহাসগী ক্ষেত্রদা ইহান লায়া খোকখিবা মৈদিঙ্‌ ক্যামবাগী মাহাকথক্তা হৌরকপনি। ' চহিখুদিংগী অমামম হেক্কংক-মবনি। মণিপুরগী ময়মরা হৌখ্রবা মথক খিবরা পাইনবা খাওৈম অমামম ওইদুনা মতম কুইনা ভালহৌরগনি। অসিগুমবা চৈথাবা কোবা সভ্যতা অসি পৃথিবীগী মকম অতৈদা লৈত্তে। মণিপুরতগী তোপ ২ পা সভ্যতানি মাখোইগী মিং অসিনা মীওইবগী চহি খংনবা, মাদুগা দগা এংনবাতাদা সিজমবা নত্তে। রাকম অসি সময় বিজ্ঞান অমসু ইতিহাস বিদ্যা হৈবাসিংনা খংলিবনি। মৈতৈতগী ওইনা অসিগুমবা লন অসি মাংদনবা লৌখত্তুনা ইথোকপনি। মাগী কায়বাসিং অতুদি লাইপক্তা লৈরবদি মতুংদা মথং মথং ফোংজয়কনি।

—( ० )—

## ভারতকী বৃটিশ ভারখোকপা।

# ভারতকী জাতীয় কংগ্রেস।

হৌজিক ভারতবর্ষকী রাজনীতিদা চাওখৎলিবা মাহুক তৌরুনা ভারত মচাশিংনা স্বাধীনতা ফংবাযু পামিবা. অদি কংগ্রেসনা মতম কুইনা হোৎনজকপাগী মহেংনি।

ভারতবর্ষদা কংগ্রেসতমা ইখাইগী হেন্না চাওবা রাজনৈতিক প্রতিষ্ঠাননি। মসা অসিদা ভারত মচাপুম্বা জাতি ধর্ম খাইদনা মসা ওইবা যাই।

১৮৮৫ চুবা চহিদা এ্যালেন অক্টেভিয়ান হিউম কৌবা থবক তোম্বা আই. সি. এস অমগী থৌরাংনা বোম্বাই নগরদা উমেশচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়না সভাপতি ওইদুনা কংগ্রেসকী অহানবা অধিবেশন কখি।

ভারতমচাশিংবু জাতীয়তা জ্ঞান থংহনবা. বৃটেনগা চান্ন খোৎনমা স্বায়ত্ত শাসন ফংবা, বাসিনা কংগ্রেসকী উদ্দেশ্য ওইরমই।

মহাত্মা গান্ধিনা ১৯২০ চুবা চহিদা মকোক ওইবাদগী হৌদুনা কংগ্রেসকী মথবাই পাখবা হৌখি। সমুদ্রগা হিমালয়গানা কোয়িবা ভারতবর্ষ অপুম্বা দেশাত্ম বোধ জ্ঞান কংলহনা, জাতি ধর্ম খাইদনা কুপী নিপা হপচুনা অসিগুম্বা প্রতিষ্ঠান অসিদা যাওখি। ১৯২০ চুবদা লৈপাক অপুম্বা হপনা অসহযোগ আন্দোলন তৌখিবা মাহু কংগ্রেসনা ভাবকুনা অমহু সুচিংদুনা তৌরনি।

কংগ্রেসনা বৃটিশ গবর্ণমেন্টদগী ডোমিনিয়ন ষ্টাটস পামলি, মাহু ফংদ্রুনা চহি ১৯৩০ চুবদা লৈপাক হৌদুনা আইন অমান্য আন্দোলন তৌখি। মতম অমগী বড়-লাট লোর্ড আরউইননে মহাত্মা গান্ধিনে চুক্তি অমা তৌনদুনা আন্দোলন অমু লেপখি।

মহাত্মা গান্ধীজীনা কংগ্রেসকী প্রতিনিধি ওইদুনা বিলাৎতা গোলটেবিল বৈঠক যাওবা চৎলি। গোল টেবিল ফমা পুদিংদা লৈনদুনা চহি ১৯৩৫ দা বৃটিশ সরকারনা ভারতদা অনৌবা শাসন প্রণালি অমা যাবে, মাহুম তৌদুনা চহি ১৯৩৭ চুবদগী হৌদুনা প্রাদেশিক স্বায়ত্ত শাসন চৎহনবা হৌই। কংগ্রেসনা অতৈ অতোপ্পা প্রতিষ্ঠানশিংগা তাদাদুনা নির্বাচনদা ভারতকী অয়াম্বা প্রদেশতা ভোট হেন্দুনা অয়াম্বা কাংলুপ ওইখি। প্রদেশ অমাগী মন্ত্রী ওইখি। ১৯৩৮ চুবা চহিদা কংগ্রেসকী কার্য্যকারী সমিতিগা মত মাননদুনা সুভাষচন্দ্রনা সভাপতিগী ফম থাদোকখি। [illegible] সুভাষচন্দ্রনা মহাত্মা গান্ধিবু "ক্লৈব্যং মাস্মগমঃ পার্থ-নৈতৎ[illegible] ক্ষুদ্রং হৃদয়দৌর্বল্যং ত্যক্তোত্তিষ্ঠ পরন্তপ" হাইদুনা খোয়োম্বা [illegible] লিং-

বগী মরমনা ভারত অপুম্বা শিনথুংনা চাউথ্রবা ঈরাং অমা থোক্লখি। লৈপাক অপুম্ব শিনথুংনা হিংসামূলক ওইবা অমসুং হিংসা য়াওবা আন্দোলন থোকখি। রেল লাইন টেলিগ্রাফ অমসুং টেলিফোন তার, ডাকঘর, থানানচিংবা সরকারগী সম্পত্তি মরাম য়ামা মাংহনলে। সরকারনা আন্দোলন অসি থিংনবগীদমক অকনবা ব্যবস্থা তৌখি। মকম মরামদা গুলি কাপলে। লৈপাক হোৎহনা হিংসানা মরু ওইনা তৌবা আন্দোলন অসিগীদমক কংগ্রেসকী মথক্তা সরকারনা দোষ হাপলে। আগষ্টগী তাং ৮ দা বড়লাটনা মাগী সভাগা লোয়ননা মত অসি ফোংদোকই, মাহুদি মহামন্ত্র বড়লাট বাহাদুর থংল বেআইন ওইনা অমসুং কর্মিগুম্বা মকমদা হিংসা য়াওনা থবক তৌবা অসিগীদমক কংগ্রেসনা মতম থরা চুপনা অরাবা অমাংবা থোক্নবা থবক তৌই। মাহুম তৌহনা সরকারনা কংগ্রেসপু হিংসা য়াওবা থবক তৌবাগী দায়া পিবা অসিবা মহাত্মা গান্ধীজীনা প্রতিবাদ তৌহনা শুমিৎ ২১নি চুপনা চরা হেনখি।

১৯৪৩ চুবা চহিদা ভারতকী কংগ্রেসু লাইদবা নেতাশিংনা ভারতা য়াজনীতিকী চৎপা য়াদবা ফিবম অসি কোক্নবাগীদমক বড়লাট বাহাদুরগী মফমদা আবেদন অমা তৌই। মাহুনা কর্ম অমতা মহে য়ানবা ঙমখিদে।

ভারত রক্ষা আইনগী পাজননা মহাত্মা গান্ধীবু অমসুং অতৈ অতোপ্পা নেতাশিংবু কাদোক থম্বা অসি ফেদারেল কোর্টনা চুমদে হায়না থনলে। তৌইঙমসু সরকারনা থুথক অহুমক্তদা অনৌবা অডিনান্স অমা জারীরহনা চুমদবা অসিবু অচুম্বা ওহোকখি।

১৯৪৪ চুব চহিগী মে থাদা মহাত্মা গান্ধীবু জেলদগী থাদোকলে। থাদোক্লুম্বা তুংদা মহাত্মা গান্ধীনা বড়লাটকা ১৯৪২ চুবা চহিদা আগষ্ট থাদা তৌখিবা আন্দোলনগী মরমদা চিঠি চৎনরে। জুন তাং ২১দা মহাত্মা গান্ধীনা মত অসি ফোংই মাহুদি—১৯৪২ গী আগষ্ট থাদা তৌখিবা আন্দোলনদা হিংসা তৌবা য়াওবাগী কংগ্রেসনা দায়ী নত্তে। ভারত সরকারনা লৈপাক অপুম্বা থাক্তনা নেতা মরাম ফাবগী মতৈনা মীয়ামগী মপুক য়ায়া লাংথি, মাথোইনা মতম থরা মপুক্লিং লাকশিনবা ঙমদহনা হিংসা য়াওবা থবক থোকখিবানি। মাসিগী মতুংদা মহাত্মা গান্ধীনা কংগ্রেস কার্য্য করা সামিতিগী সদস্যশিংগা তিন্নাংনা বা তাননে হাইহনা ভারত সরকারগী হকুমনি, ভারত সরকারনা মাহু য়াখিদে।

৮ সেপ্তেম্বরদা বোম্বাইদা মিঃ জিন্নাগী মযুমদা গান্ধীজীনা বা তানবা হোৌই। মিঃ জিন্নানা পাকিস্তান শেম্বাগী মরমদা মাগী য়ায়া কয়া হোংনবা অহুনা মহাত্মা গান্ধীনা জিন্নাগী পাকিস্তান শেমবু ওইদবা অমসুং চুমদবনি হাইনা থনলে অহুনা মাথোই অনিগী য়ানবা অহু অয়েঙা তাখি।

১৯৪৪ চহিগী এপ্রেল থাদা সানফ্রান্সিস্কো বৈঠকতা অধিবেশনদা শ্রীমতী বিজয় লক্ষ্মী পণ্ডিতনা বৈথকী মপান্দা ভারত মচাশিংগী অহা অনা অপুনবাগী মুংশিনবা পাওবু থরাই শোক্লবা মাইহৈনা প্রচার তৌদুনা লৈ। লোর্ড বাভেলনা ১৪ জুনদা বেতার বক্তৃতাদা রাজনীতিগী চৎপা য়াদবা ফীবম থোক্লিবা অদু কোক্লবা বৃটিশ সরকারগী প্রস্তাব মরাম কোংদোকই। মাদু তৌবাগী ময়রা মতুং নোংমা কোনবদা মৌলানা আবুকালাম আজাদ, পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরু মাদুমা অতৈ অতোপ্পা কংগ্রেস কার্য্য করি সমিতিগী সদস্যশিংবু কাদোক্লগা থাদোকই। ২৫ জুনদা বড়লাটনা সম্মেলন অমদা মকোক ওইবা রাজনৈতিক কাংবুশিংগী প্রতিনিধিশিংবু কৌই। কংগ্রেস কার্য্য করি সমিতিগী বৈঠক অমা হোই। মাদুদা বড়লাটনা হাইবা ইন্দুনা শেমগৎপা অনৌবা ভারত শাসনগী সভাগী সভ্য ওইনবা মীকোক ১৫ গী মমিং থনগৎতুনা বড়লাটতা পেশ তৌই। ১৪ জুলাইদা বড়লাটনা নেতা মরাম তিন্নবগী মরম অদু বান্নদরে, হাইনা হাইবোকই। ১৯৪৫ সুবা চহিগী ২১ সেপ্তেম্বরদা বোম্বাইদা ভারত অপুনবগী রাষ্ট্রীয় সমিতিগী অধিবেশন হোই। ভারত মচানা ১৯৪২ গী আগষ্ট থাদা তৌখিবা আন্দোলনদা চাংদম্নবা লৈতবা পৌনা অমসু পুক্নিং চেৎপা উৎখিবা অমসু মীথা পোনবগী থৌরি থদৎনবগীদমক অচেৎপা সক্নম তৌখিবাগীদমক লৈপাক মচা অপুনবাবু অভিনন্দন তৌদুনা অধিবেশন অদুদা প্রস্তাব অমা তৌখি। মাদুগী হৌখনি সুবা অধিবেশনদা সর্দার পেটেল অমসু পণ্ডিত নেহরুনা লাওথোকই, মাখোয় কংগ্রেসকী নেতাশিংনা লীগকা আপোব তৌবাগীদমক কয়িগুম্বা চে চৎনরোই বাসু ভাংনরোই।

১৯৪৬ সুবা চহিদা বৃটিশ মন্ত্রী মিশনমা ভারততা লাকই, অদুগী প্রস্তাব ঘোষনা তৌই।

কংগ্রেসনা মন্ত্রী মিশনগী অতেনবা মেয়াদকী ব্যবস্থা লৌদনুনা অশাংবা মেয়াদকী ব্যবস্থা লৌই।

ডোমিনিয়নগী মর্য্যাদা লৌনবাগাদমক অতেনবা মেয়াদকী ব্যবস্থা লৌরদুনা পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুনা মরকী সরকার শেমই।

মুসলিম লীগনা ব্যাবস্থা অনিমক লৌবা অদুগা মতুংদা আযোক লৌদবা।

মুসলিম লীগনা মরকী সরকারদা য়াওবা অমসু য়াওদবা নীতি মান্নবা।

মুসলিম লীগনা প্রত্যক্ষ সংগ্রাম তৌরগনি হাইনা লাওথোকপা, অদুগা কলি- কাতাদা ভমখিনবা মী হাৎপা হৌদোকপা।

নোয়াখালিদা হিন্দুশিংগী মথক্তা মুসলিমসিংগী ভুকচয়বা অত্যাচার তৌবা।

মহাত্মা গান্ধিনা নোয়াখালিদা শান্তিগীদমক যাত্রা তৌবা।

বিহার অমসু অতৈ অতোপ অতোপ্পা পা ভারতকী মফম মফমদা হাংনবা।

গণ পরিষদ ফম্বা হৌবা।

মীরাটতা আচার্য্য কৃপালনীনা সভাপতি ওইদুনা কংগ্রেস অধিবেশন তৌবা।

১৯৪৭ সুবা চহিদা লোর্ড ৱাভেলবু বড়লাটকী মফম লৌথোক্না মাগী মহুত্তা বৃটিশ রাজ প্রতিনিধি ওইনা লোর্ড মওণ্টব্যেটেনবু হাপই।

বৃটিশ সরকারগী ও জুনগী ভারত থাইদোকপা প্রস্তাব কংগ্রেসনা য়াথি।

১৪ আগষ্টদা ভারতপু সেগাইদুনা পাকিস্তান কৌবা রাষ্ট্র অমা শেমই।

১৫ আগষ্টদা বৃটিশনা ভারত থাদোক্না চৎখি, জাতীয় নেতাশিংনা ভারতকী শাসন ভার লৌহোই।

---

# মণিপুরদা ব্রিটিশনা পানবা

(১৮৯১—১৯৪৭)

চহি ৫৬

—(০)—

১৮৯১ সুবা চহিদা মার্চ্চ থাদা আসামগী চিফ কমিশনর কুইন-টননা অহিংদা লোয়া লৌনম তৌদুনা টীকেন্দ্রজিৎ সিংহ যুবরাজবু কোইদুনা লাএদাই. যুবরাজগী তম্পাক যুমদা লৈবা দুপী অঙাং কাউবা হাৎলি। মথংগী সুমঙা নুমিৎ তারবা মতমদা মণাজন লোইরদুনা ব্রিটিশ কম্মাইবা ৭মা কোমুংদা চংলক্লুনা বাজাসংদা দরবার তোই। লৈপাকনা য়াত্রদুনা চিফ কমিশনার অমসু মি: গ্রিমুডমাচিংবা ব্রিটিশ মিপা ৭ কাদুনা হাৎলি। অহিং অদুমক্তদা ব্রিটিশ তেজোমনা মণিপুর থাদোক্লুনা চেনখি।

অমোক হয়া খিন্দনা ব্রিটিশ তেজোয়া মণিপুরবু মাইকৈ মরি-মক্তা কোইদুনা লানদারে। লানকম অদুদা খোংজোংদা মণিপুরগী অকনবা লনা য়াক্কুলাকপা, চিংলেন য়া অমসু মেজর পাউনা ব্রজ বাসী অসিমাচিংবনা মায়োকনবা; লানদা থরাই থাদুনা অকনবনা তারবা খুবম কংখি। মোংচুপলোমদগী লানজংবা মেজর মেকনুএলনা কোমুং পাইদুনা শ্রীযুৎ মহারাজ কুলচন্দ্রবু কাদুনা অণ্ডামনদীপন্তা থাখি। শ্রীযুৎ টীকেন্দ্রজীৎ সিংহ যুবরাজবু অমসু জেনারেল থাঙাল মাচিংবা মণিপুরগী অকনবাবু ইম্ফাল কৈথেল অচৌবা, কৈদাবুংদা হাৎলি অদুম তৌদুনা চুমদবা রায়েননা লৌনম তৌদুনা শ্রীযুৎ শান্তিরসিংহগী লাকপা মণিপুর সিংহাসনবু ব্রিটিশনা মাংহনখি।

চহি অসিমক্তদা খিন্দনা শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজগী যায়াদা অহনগী যায়া খিদুনা মচা ইবুংঙো শ্রীযুৎ ভুবনসিংহগী মচা শ্রীযুৎ ভুবন সিংহনা পোকপা মচা অতোনবা শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ সিংহবু মাবালক ওইনা মণিপুরগী নিংথৌ হাপই. অদুগা মীয়েবাক্তা লাইরিক তমা থাই। নিংথৌনা মবালক ওইরিঙৈদা পোলিটিকেল এজেন্টনা লৈবাক্তা রায়েন পুই। মণিপুরগী ব্রিটিশনা পানবগী পোলিটিকেল

এজেন্ট অহানবা মিঃ মেজর মেকমুএলন, অরোইবগীনা জেঃ ডি মসমনি মাস্থুম তৌদুনা চহি ৫৫ চুপনা মনিপুরদা ব্রিটিশনা পানখই।

শ্রীযুৎ স্যার চূড়াচান্দসিংহ কে. সি. এস. আই. সি. বি. ই।

১৯০৮ সুবা চহিগী ফেব্রুয়ারি তাং ৪ লৈপাকপোকপা মুমিত্তা আসাম গবর্ণরনা কংলা উত্তরামাংদা শ্রীযুৎ স্যার চূড়াচান্দ সিংহ বাহাদুর কে সি. এস. আই. সি. বি. ই দা লৈপাকপি; চহি অসিদগী হৌদুনা দরবারনা লৈপাক্কী রাজম লাংজম অপুম্বা মপানা পুই। দরবারদা ব্রিটিশ সরকারনা পিবা মিপা অমামম্বা প্রেসিডেন্ট ওই; মাদুগী মথক্তা পোলিটিকেল এজেন্টগা লোইমদুনা মহারাজনা এংসিনলি।

শ্রীযুৎ স্যার চূড়াচান্দ মহারাজগী মমা হাকথক্তা হিন্দু মণিপুরী অপুম্বগী সভা অমা লিংখৎলমই। শ্রীযুৎ মহারাজনা সভাপতি ওই, সভা অসিদা মণিপুরগী মপান্দা লৈথিবা ভারত অমসুং ব্রহ্মাদা লৈবা হিন্দু মণিপুরী অপুম্বাগী প্রতিনিধি য়াওই। মণিপুরগী মপান্দা কাছারদা মহারাজ লেংদুনা কুম অমা অধিবেশন তৌই। মতুংদা ব্রহ্মাদসু তৌই। মাদুদদি শ্রীযুৎ মহারাজদি লেংদে। সভা অসিগী মমিং "নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা কৌই।

নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী অহানবা অধিবেশনদা সভাগী প্রতিনিধি সদস্য অপুম্বনা মণিপুরগী ঐতিহাসিক গবেষণা সমিতি অমা লিংখৎলমই মাদুগী সভাপতিসু মহারাজবু হাপলমই অমসুং নিখিল হিন্দু মনিপুরী সভা অসি নিংথৌগা, মনাইসিংগনা শেম্বা সভানী রাজনীতি য়াওদে।

নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা অসি মতৈদদি মুপনগী হিন্দু মনিপুরীসিংগী ওইথিদরে, জাতিবর্ণ থাইদনা মণিপুর প্রজা অপুম্বাগী সভা ওইথি, অদুগা মণিপুর লৈপাককী অমত্তা ওইবা রাজনৈতিক সংস্থান ওইথি। মনিপুরী সিংনা হকিক দেশাত্ম বোধ, জাতীয়জ্ঞান অমসুং স্বাধীনতা পাম্বা থংনকপা অসি নিখিল মনিপুরী মহা সভা অসিগী হোৎনমনবি।

১৯৪১ শুবা চহিদা শ্রীযুৎ মহারাজ স্যার চূড়াচান্দ সিংহ নমাইকচাং ইদুনা লা- এংজেবগীমথক কলিকাত্তাদা লেংই। মতৈদা নমাইকচাং কীবগ লেংদুনা 'মথং পতা মতা

ইবুঙ্গো অহন যুবারাজ শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র সিংহনা শ্রীশ্রী৺গোবিন্দজীউগী সেবাগা লোইনবা নৈপাককী ভার অপুবা সিন্নদুনা মণিপুরগী সিংহাসন পিরমই, মা পুকনিং অসি বৃটিশ গবর্ণমেণ্টনা থংহনমই। থর নৈরগা হিয়াদৈ থাগী ১৮ নি পানবাদা মখোইগী শ্রীযুৎ মহারাজ লোংগাখি।

১৯৪১ চহী চহিগী মে থাদা জাপাননা মণিপুর ইম্ফালদা বম থাদৈ। চুমিং ২০ নি মোংব নৈপাক বাএন রাওদনা কাইরকই। নৈপাক অমোক হন্নবদা প্রেসিডেণ্ট মিঃ সার্প, আই, সি এস, না চহি অমরোম মথক্তা দরবারগী থবক পুরমই। মতুংদা হাননা ওইরবা দরবার মেম্বর সিংগা লোইনদুনা অকোনবদা হাপপা মেম্বর থর রাওনা প্রেসিডেণ্টনা দরবারগী থবক তৌই।

## মণিপুরদা গান্ধী যুগ হৌবা। ( ১৯৪৬ )

মহাত্মা গান্ধীজীগী জীবন হিংনা তৌবা রাওদবা থাহৈনা জাতীয় কংগ্রেসনা "ভারত থাদোকউ" হায়না লাউবদা অথুপপা মকথদা থাদুনা বৃটিশনা ভারত থাদোকপা তারে। অনৌবা প্রস্তাব পুদুনা ভারতা মন্ত্রীমিশন লাকই। বৃটিশগী চেঙমদাইদা নৈপাক নৈ থাবনা নীতিগী মথক—ত রতপূ মচেৎং থুগাইবা হোৎনবা হৌরকলে। বৃটিশনা ভারত থাদোক্লবদি তাবরতকী দেশীয় রাজ্যশিংবু থাদোকপাগুম মণিপুরসু থাদোকনি হায়বা থংলে।

১৯৪৬ চহী চহিদা মণিপুরগী রাজনৈতিক কাংবুসিংগা তিন্নাদুনা নিঃ মঃ মহাসভানা মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেস কৌবা সভা অমা পুন্না শেমই। সভা অসিগী সভাপতি শ্রীযুৎ ভুবনমা রাজকুমার; জেনারেল সেক্রেটরী শ্রীযুৎ য়ুমাম খোইরচা সিংহনা ওই।

মনিপুরগী অনৌবা বাএন শেমবা ভংশীল থুদিংমগী চাং—ভম অপুবা প্রজানা অপাবা মতুং ইন্না মীথনলি। মাখোই অহুনা মতম অদুগী প্রেসিডেণ্ট মিঃ পিয়ার্শন জেনদা মচাগা লোইনদুনা অনৌবা, মনিপুরগী বাএন অমা শেমই। ১৫ আগষ্ট ১৯৪৭ তা বৃটিশনা ভারত থাদোকপা তারে।

অনৌবা বাএন লাইরিকী মতুং ইন্না প্রজা অপুমবনা রাবা আইন সভা অমা শেমগৎলো বৃটিশগী শাসন মরক্তী সরকার অমা শেমাতারে। ১৫ আগষ্ট মকসিদলক্লবদা নেংবা অহিং থাবমবদা 'মঃ পিয়ার্শননা মাগী বাদদা হৈনৌমখোংদা মঃ সঃ কংগ্রেসকী সভাপতিনা চংবা মকোক ওইবা থরগা বকমরু অমা তৌনখি অসিগুমবা কত্তবা থবক অমা অহিংদা লোয়া তৌথমে হায়বসি, নৈপাকা শ্রীযুৎ ডাঃ টৈরেন সিংহনা লাইরিক এনথোক্না ইহান হান্না থংহনখি। মথংদা থাৈনরগা মঃ সঃ কংগ্রেসকী জেনারেল সেক্রেটরী য়ুমাম খোইরচানা শমাদি কত্তবা থবক অজি মক্তা থাওরে, ঐ মনিপুরগী রাজনৈতিক দল অমরমাদু তিন্নরোই হায়না থাওথোকখি।

মিঃ— পিয়ার্শন হৈনৌমখোয়া তৌবা মতম।

মিঃ— পিয়ার্শননা মন্নকী সরকার পুন্বিনবা মঃ সঃ—কংগ্রেসকী অমা মীকোক অমি— ক, খ, অমসু— মহৌশা অফিশ পুন্নিবদগী মীকোক গ, ঘ, সুপনা মমি অ-সিমু কম হাপই, অদুগা নখোই মীওোল থক হাঙদোকনু অসিত্তনি। থৌদোক অসিদগী লৈপাক অপুবা ঈয়াং লংলে। মতম অদুদা রাজকুমার শ্রীযুৎ সেতুসিংহনা ঐখি কম অসি লৌনিংদয়ে হাইনা লৈপাকা লাওখোকখি। মাদুদগী লৈপাক্না থংহৌই রাজকুমার অসি, গ, ঘ গী. নিপা অমা ওইরমই।

মিঃ পিয়ার্শনগী থৌদৌ অসিদগী মঃ সঃ কংগ্রেসকী মকোক ওইবা কাংবু থয়না মত্ত ভিন্নদুনা চোংখোকখি, মখোইনা কাংলুপ অমা শেমদুনা মঃ সঃ কংগ্রেস অমি থোকখি।

মিঃ পিয়ার্শননা অহোবা অসি কংলদুনা চোংখোকখিবা মঃ সঃ কংগ্রেসকী সভাপতি শ্রীযুৎ এল'ংবম তোম্পোক সিংহবু লৌসিন্দুনা হাননা লোয়া হাপপা কংগ্রেস শ্রীযুৎ সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ এম, এ, বি, এল গা অফিসরগী লৌবা মিঃ বসি— রুদ্দীন বি, এ, গা অমসু মমৈথংদা শ্রীযুৎ কোঞ্জেং গৌর সিংহ বি, এ গা মরিবু সরককী সরকার পুনবা হাপলে। শ্রীযুৎ এলাংবম তোম্পোক সিংহনা মহাক্তি কম অদু লৌ হাইবা য়াদয়ে। মহাককী মহুৎ লৈহোবা মঃ সঃ কংগ্রেসকী সভাপতি শ্রীযুৎ ভুবন সিংহ রাজকুমারবু হাপই। মখোই মরিনা চৌওগী মেজর আর, আর খাটিং, মিঃ ভিয়াংখম গা ভিন্নদুনা মহারাজকুমার শ্রীযুৎ কেপ্তেন প্রিয়ব্রত সিংহনা চিফ মিনিষ্টার ওইদুনা লাংদাই সরকার পুই।

১৫ আগষ্ট ১৯৪৭ তা বৃটিশনা ভারত থাদোকপগা লোইননা হুন্দোকদমলবদা লাংদাই সরকারনা পুবা থা থয়ক্তংতা ঙাইরিবৈদা চোংখোকখিবা কাংবু মঃ সঃ কংগ্রেসনা য়াবনা কনথয়বা সত্যাগ্রহ আন্দোলন অমা তৌখি। অসিগুম্বা আন্দোলন অসিনা মণিপুরেশ্বর মহারাজ শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র সিংহগী লৈপাকতা পীবা ঘোষনার মতম ঙাইদুনা লেমথখি।

১৯৪৮ সুবা চহিদা চোংখোকখিবা অমসু লৈংথহোবা মঃ সঃ কংগ্রেস কংগ্রেস কাংবু অনিমক অমতা ওইনা তিনসিননরে। হেক ভিন্নবগা খিন্দনা মঃ সঃ কংগ্রেসকী মন্ত্রী ওইরিবা কাংবুয় থোক্নকলো নকম থাদোক্নমলো হাইদুনা কৌখোকই। কন্নাইবা কাংবুনা য়াদয়ে। মঃ সঃ কঃ না শ্রীযুৎ কৃষ্ণমোহন সিংহ এম এ বি, এলবু কংগ্রেসতগী তানখোকলে হাইনা লৈপাকতা লাউথোকই। মহাক্না কাংবু খে মদুনা ঐখোইনা কংগ্রেস চানবনি হাইদুনা অমোক হয়া মঃ সঃ—কংগ্রেস অমি থোকলে। তৌইগুমসু অহানবগী অমি থোকপা অদুগা অকোনবগীগা মীসক্তি ভিন্নদয়ে।

চীঙ্ তম লুপনা মণিপুরী প্রজা অপুনাগী ইলেকশন তৌরে। মাহুনা কংগ্রেশতি অয়ামবা ক্লাংলুপ ওইবা ওইখিদে। মতম অহুক্তা চেংখোক্লকপাগা লৈহৌবগা মঃ সঃ—কাংবু অনিমক অয়েক হয়া তিয়রে. অচ্চমক্তাদাস্ অয়ামবা কাংবু ওইবা মঃ সঃ—কংগ্রেসনা মওইদরে। অহুনা ইণ্ডিপ.ণ্ডট ওইনা লেপপা কাংবুনা প্রজাশান্তি সভাগা অমহ চীঙ্গী কাংবুগা লোইননা মন্ত্রী মণ্ডল শেমই মাহুদি শ্রীযুৎ ভক্তর লৈরেনসিংহ শ্রীযুৎ অয়াঘম ইবুঙোতোমচ সিংহ বি, এল, শ্রীযুৎ অএকপম গৌরবিধু সিংহ, মিষ্টর আলি মুর্দ্দিন. মেজর আর আর খটিং, অমসুং মিঃ— টৈবকিলোং. মাখোই অসনা মহারাজকুমার শ্রীযুৎ কেপ্তেন প্রিয়ব্রত সিংহনা চিফমিনিষ্টার ওইহুনা মণিপুরগী লৈপাকনা মাবা মন্ত্রী মণ্ডল ওইহুনা— ১৯৪৯ সুবা চহিগী চৈগংরকপদা মণিপুরদা এম. এল. এ কমদেংই।

"প্রজা শান্তি" কৌবা সভা অসি রাজনীতিগী সংস্থান অমা ওইনা হৌরকপা নত্তে. মঃ সঃ কঃ না অনি থোকলিঙৈদা তাইশনবা ওইনা থোকপা কাংবু অমনা অনি থোকখিবগী নাম লৈহৌবা ওইনা তৌই। মাখোইনা মণিপুরদা সংস্থান অমা ওইনা হৌরকপা চহি ২ সুদরি। মাখোইনা পাউ চেনলি. মতম অসিগী মন্ত্রী মণ্ডল অসি মাখোইগী পোলিসি পোরগ্রাম ইনা চৎকদবনি হায়রি। ১৩—এপ্রেলগী নভুংগী রাজনীতি সংস্থানসিংগী তারগদবা ফিবম খংদরি।

## মণিপুরদা অহৌবা শিক্ষা চংবা।

স্যার চন্দ্রকীর্তি সিংহ কে. সি, এস, আই, গী মাহাকথক্তা স্যার জনষ্টোন; কে, সি, এস, আইনা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরমই, মহাক্না মনিপুরদা ইংরেজী স্কুল অমত্তং সিংথৎনবা হোৎনরকই। থঙাল মেজর অমসু বলরাম মেজরগা অনিনা লোংনা পি, এদা মাখোই অনিবু মহারাজনা জেনারেল হাপলে অসুম্না তাকই। পি.এ. না খুমই মাছুদি— ব্রীটিশ সরকার বাহাদুরনা মাত্রবদি হাজী বদি লৌত্রবদি কানরোই অসুম্না খুমই। অদুগা পি, এনা হাজী. ঐনা মেজর অনিগী জেনারেল ওইনবা সরকার বাহাদুরদা হোৎনগে মেজরনা মনিপুরবা ইংরেজী স্কুল অমা সিংনবা হোৎনৌ হাজী। পি, এ না সরকার বাহাদুরদা মেজর অনিগী জেনারেল উপাধি অদু থং হনখি। মাদুগ তৌদুনা মেজর অনিনা হৎত্নুনা মনিপুরদা স্কুল সিংনবা মহারাজনা মাহকুমপি।

স্যার জনষ্টোন কে, সি, এস, আইনা অহানবদা মহাকী রেসিডেন্সী মনাক্তা সং—অমদা স্কুল অসিহৌখি। ব্রীটিশনা পান্নবদা থাইরবস কৈথেল মনাক্তা হোৎলোক্লকই। মথং মথং হেক্তংলক্নুনা মেডিল ইংলিশ স্কুল ওইনা মতম খরা লেপলমই, মতুংদা হাই ইংলিশ স্কুল ওনখি। মতুংদা অনিসুবা লাক্তাও লোইবদা কৈথেল অচৌবদা অমোক হোংদোক্নুনা হুজিক লৈরি। স্যার জনষ্টোন কে, সি. এস আইনা কাৎপিরবা লমেন অসিদা চংলক্নুনা নবীন শিক্ষানা মনিপুরদা চংলকই। মতম অসিদা— উচ্চশিক্ষা কংবা মনিপুরী অপুম্বা অমত্থ নবীন শিক্ষাদা মীৎপাংবা, মণিপুরী পুন্নমক অসিনা।

স্যার জনষ্টোন কে, সি, এস আইগী নমন পুন্না মনিপুরগী ইতিহাসদা মতম কুইনা মুংহৌররোই।

স্কুল অসিনা এব, ই. ওইবিরঁভদা ইথাইমক্তগী ইহান হন্না শ্রীযুৎ মারেম বিজয়সিংহনা শিক্ষাগী থোং হৌই, মীরৈপাক্তা চংতুনা প্রবেশিকা লানথোক্লবা, তান্নুই অহানবা ওইবনা লানবা ওরখিদে।

২। শ্রীযুৎ মাহেংবম যুমজাওসিংহনা ইহান হান্না প্রবেশিকা এণ্ট্রান্স লানথোকতুনা এফ, এ, কাওবা কলেজদা চংই—

৩। শ্রীযুৎ থুমনথেম মধুমঙ্গলসিংহনা আই, এ লানথোক্কই, অদুগা মরিসুবা চহি কাওবা কাথৎলমই।

৪। শ্রীযুৎ সৌগাইজম সোমরেন্দ্র সিংহনা বি, এ. পাশ ওই, মাদা মণিপুরগী ইথাইদগী হানবা মাতকনি মাদুম তৌদুনা মতুংদদি নিপা মরি অসিনা কাৎলবা

লথেলদা চৎপা মনিপুরী অয়মক চহি খুদিংগী থজিক২ হেনগৎলকতুনা মাথোইনা হ'ঙিজি— মণিপুর মাতগী— বাখল তৌনবা কোক অমসু শাংনবা চীনগী মকম ওইতুনা মমা— মৈতৈলৈমাবু মমাম্রমা মরক তিননবা গুরবা পেবা তৌরি।

## হাইস্কুল—অতৈ।

মৈতৈমচাসিংগী মোংনা ২ গী লাইব্রিক তথা অসি ভার অনটোনগী মপামদগী মামা ফেনগৎলকলে ম'হ উবদগী শাসন পাইরিবাসিংনা চপথগদবাগী মহুংদা থোংবাং তৌরমই। অনৌবা শিকাগী ঊহুৎ কওবা অনটোন কুপবু হাইস্কুন ওনহনতুনা থিংহুনা এংলমই। মীরাম্‌গী অইঅবনা মতু দা খিংবা মাত্রহুনা হাগস্কুল ওয়ে। মাহুমক্তদা কুপ চনদে, হাঙহুনা চহি অমদা মী ৫০ তা লৌহুনা হাইস্কুলদা কাহনমরে লাইব্রিক তথলিবা অঙাংসিংনা কপপা বাবাদগী থাংবা ওমত্রহনা নৈপাক সেবা তৌনিংবা কাংবুনা শাবকসিংগী অককি থদংতুনা মাদায় ক্লব কৌবা অমা হেইদোকই মাহুবু থ্বাই মাহেংবম লৈকাইদা কুপ অমা শাগৎতুনা তমনিংবা অঙাংগীমথৈ লৌসিন্দুনা। কুপ অমা হৌগৎলে মাহু মথং মথং চাওখৎতুনা থিন্দনা হাইস্কুল ওয়ে। মাহুদা শ্রীযুৎ লৈরেনসিং শ্রীযুৎ মহেন্দ্রসিংহ শ্রীযুৎ নোংমৈকাপম গোপালসিংহ শ্রীযুৎ অকোইজম অমুবীসিংহ শ্রীযুৎ দ্বিজমনি শর্ম্ম শ্রীযুৎ ললিত মাধব শর্ম্ম কুপ অসি মতুংদা স্বর্গীয় মহারাজ স্যার চুড়াচান্দ সিংহ কে, সি, এস, আইদা কৎথোকতুনা মহারাজনা মাকোয়ু দগী কোর মহুংদা পুসিসলমহ। মা নাব লৌহুনা চুড়াচান্দ মাইস্কুল হাঙবা মিং অসি থোনখি, অমসু কুপ অসিগী মুৎতনবা শেমবীরমই।

অমসু হাইস্কুল অনিসিভনদি মনিপুরগী মতিক চাদবনা অতৈ অতৈ হাইস্কুল অমসু এম, ই, কুপ ময়ামবু চুড়াচান্দ হাইনা মথং মথং হৌখিরখি, মাহুদি ইরোয় হাইস্কুল, নরসিংহ হাই, রীমলাম হাই, বেদলী হাই অমসু কুপীগী গারল লাই অসিনাচিংবা, গারল হাই— অহানবদা শ্রীযুৎ অকোইজম অমুবী সিংহনা মাগী সুমাং অমসু মাহলদা হৌরগা ইংথোনদা যুব সাহুনা তৌবনি মতুংদা স্যার চুড়াচান্দ মহারাজ পি। মহারাজনা মাকোয়ুংগী মহুং চননা মচা ইবেমা অহন " তমকা মা ,, নোংপাথ্রবাগী মিংনা লিংথখ্লমই, হজিক কোয়ুংদগী হোংদোকদৌরে। গারল হাইগীদমক শ্রীযুৎঅমুবীগী তৌবিমল অসি মতম কুইনা মণিপুরী মাতু জাতিগী ইতিহাসদা মুৎহৌররোই। তোপীরা হাই—কুপ অসি, চুড়াচান্দ হাই লিংখৎপা কাংবুসিংনা চুড়াচান্দতনা ওকুলুনা মাসিমামু লিংখৎপনি, মাসিদা শ্রীযুৎ নোংমৈকাপম গোপাল, শ্রীযুৎ অতোম [illegible]মনি সিংহ অসিনাচিংবাগী থাংহৈবা পোৎথাদবা অমসু ললনাই তানদবা মতমগী মইহেনা কুপ অসি ওইথিবনি হাঙবাদা হাইমনবা লৌরোই। মহারাজ কুমারী—

ঈসিংদা থাদোক্লগা থুৱোকনা ঈসিং কোত্তুনা " ওঁ নমো নারায়ণায় " হাঙ্গিদুনা কোক্তা অহুম্রক হাপকনি। অদুগা তৈথেক্লনি। কী অমত্তমা ঈরবা য়াদে। থুদৈ য়াওগদবনি। সেংনবা ফিনা হকচাং তৈথোকপা য়াদে।

## চাবা।

( ১ ) চাকলুক মথাদা ব্রাহ্মণগী চিথেক মরি; ক্ষত্রিয়গী চিথেক অহুম, বৈশ্যগী মণ মনা য়ায়া ঈসিংনা ইরগা মথক্তা চাকলুক থ'বা চৎনৈ। ( ২ ) খুৎ— এৎনা ঈসিংনা মাবু অমত্তু চাকলুম্পু কোইগনি। ( ৩ ) চাকলুক্কী এৎলোমদা ঈসিংনা চক্র - একলগা মাদুদা চাক থম্না লৌদুনা ( ওঁ নারায়ণানমঃ ) হাঙ্গিদুনা ঈসিংগা লোইননা হাপক ন মাদুগী মনাক্তা ভুবঃ পতি ভুবন পতি অমসু ভূত পতিগীদমক অহুমলক হাপকনি। অদুগা চাক- এনসাংগা লোইনবা চাকপু " ওঁ বিষ্ণবে নমঃ হাঙ্গিদুনা কৎকনি। অদুগা চাকলুক্কী থজিক্কং লৌদুনা " বিশ্বক্সেন " গীদমক চক্রগী মথক্তা থাদোকনি। খুৎ-এৎনা ঈসিং " ওঁ অমৃতো পস্তরণ মসি স্বাহা— অমৃত ওইবা ঈসিং নংনা পুক্তা মথা থাদে, হাঙ্গিদুনা থকনি। অদুগা চাক থম্না ২ দং, ৫ য়ক— চকুনি, মাদু প্রাণ, অপান, সমান উদান অমসু ব্যান মঙাসিগীনি। অদুগা পুক থন্নবা চাগনি। মাই চিথেকলোমদা ওনফদে। মপা সিত্রিবনা মথা ওন্দুনা চাহৈদে। চাবা লোইরগা অয়েবা চাক থজিক্কং পাইরগা ওইরোমদা তৈপাক্তা থু-ৎ পীনে থুদোনবী অনিগী মরক্তগী তাহনগনি ( নরকতা তৈবা জীবগীনি )। ঈসিং থম্না পাইরগা " ওঁ অমৃত পিধান মসি স্বাহা— অমৃত ওইবা ঈসিং নংনা মথুম ওইয়ে হাঙ্গিদুনা থকনি থকথকে ঈসিংবু লুখাক থাদোকপা মকমদা হৈদোকনি।

## মহারাজ শ্রীপঞ্চযুক্ত বুধচন্দ্রসিংহনা পানবা—

লৈপাক্কী ইং ১৯৪৯ গী ১৩ এপ্রেল ফাউবগী মতুংদা মণিপুরগী মকোক ওইবাসিং।

### মন্ত্রীঃ—

১। মহারাজ কুমার কেপ্তেন শ্রীযুৎ প্রিয়ব্রত সিংহ— বি, এ,— মণিপুরগী মন্ত্রী মকোকনি। নোংগাংবা স্যার চূড়াচান্দ সিংহ, কে, সি, এস, আই. সি, বি, ইগী অনি সুবা মচা ইবুঙোনি। এলাহবাদ ইউনিভর্সিটিগী বি. এ, পাস তৌই। মহাক্কী থবক তৌবা দরবারগী মেম্বর ওইবনা হোই। মরক্তা অনি সুবা লাঞ্জাগী লান য়াওরকই। হৌজিক মণিপুরগী মন্ত্রী অমুখপা ওইদুনা মহাক্কী পুনসিং থবক (জীবন ব্রত) চাউ্ব অমসু তানা অনি শোকনা থাইবা মণিপুর প্রজা অপুনবা মণিপুরীনি, মাথোইনা থাইজ থাবুং লৈতনা চায়না পানবদগী শোকপা লিংখিবাবু মচাকনা পায়ই। হাঊরবদি কিরুপ্নুনা থক— থা থাদুনা চৈনা লাকপাবুদি চায়বগী সংজুনা পুনবনা ফজে, অসিনি। অসিগুম্বা মহাক্কী মমিংগী অর্থ ওইবা ব্রত অসি মানা তৌই। লোংপোক থংবা ভারততা মণিপুরী ক্ষত্রিয়গী মীচৎ চ চা তৌগে মনিং লোমগী রাজপুত ক্ষত্রিয়গী চাবা— থকপগী মীচৎ তৌই।

২। নিংথৌজম শ্রীযুৎ ডাক্তর লৈরেন সিংহ মণিপুরগী মন্ত্রী অমনি। পিতাঃ— জামাদার ৺ দামুসিংহ, মাতা চাইরেনলাকপম নিংথৌজম ৺ লৈপাকলৈমা দেবী। পিকলিঙৈদা মুখ্রা ওইনা মমানা মামগী মযুমদা য়োক্লকই। অন্তাং ওইনা মীৎসিং নাসিংনা হৌরকই, হাইস্কুল তমলিঙৈদা মহাকপু হৈ সিংবা উদুনা মতম অমুগী শাসন পাইবনা মেডিকেল লাইন্দা তম্বা থাই। মাহুদা পাশ তৌরবদা লৈপাকনা লৈরেন ডক্টর— ডাক্তর লেরেণ হাঙৈনা কাউরকই। অহানবা লানখাওগী পাম্বোলেবারকোয়পা লোইননা ক্রান্স তাননা লান চৎলি। লমেলদা করাচো য়োমগা মনিপুরদা থোংজাই লান হৌয়ে হাঙ্গিতনা মাবু কৌদুনা চহি অহুম একটি ৩ সাজিসকা লৈরমই। মণিপুরদা চাউ তম দুপনা ডাক্তরনা লাইএংবা থংনরমদে। মাহু থংনবা ডাঃ লৈরেণবু প্রচার তৌহল্লমই। মতুংদা অথবিটিগা পুকনিং তিমদদুনা ষ্টেটকী থবক থাদোকতুনা পব্লিকী সেবা তৌরকই। মতম অন্তদা বাএন পাইবাসিংনা লাইরিক হৈবা মীয়ামদনবা চপথনবা হোৎনরমই, মাদুগী লানদা মানা লুচিংবা ওইনা য়াওদুনা চূড়াচান্দ হাইস্কুল অসি থোকখি। মাবু লৈরোম্‌বা আসামনা "তরুণ নেতা" হাঙৈবা উপাধি অসি পিখি। মণিপুরগী মহারোননা উপাধি অসি য়ানিংখিদে। মথংদা আসামনা অদোকসু "জন নেতা" উপাধি সিনাম্বু পীখি। মহাক্কী পুনসিগী থবকতা, তম্রামচাগী ফনবা হোৎনবা অসিনি। হৌজিক্কি লৈপাকনা য়াবা মন্ত্রী ওইদুনা লৈ।

৩। অরাম্বম শ্রীযুৎ ইবুঙ্গোতোম্চা সিংহ, বি, এল, মন্ত্রী অমনি। পিতা অরাম্বম শ্রীযুৎ অমুবা সিংহ. মাতা শ্রীমতী মাঙাউবী দেবী। পাঠশালদগীনা বি, এ. ফাউবা অমোক্তা ওমদবা তৌদনা পাশ তৌই। বি. এল পাশ তৌরগা স্যর চূড়াচান্দ মহারাজগী এ. ডি কোং ওইরম্মই, মরক্তা চহি থরা উকিলগী থবক হোৎনরুই অমোক এ, ডি, কোং ওই। অনি মরা ল ঙ ওগী লোইরম্দাইদা মণিপুরগী দরবারগী মেম্বর ওই। মথংদা মণিপুর চিফ কোর্টকী জজ ওইরম্মই। মাতমগী মহাক্না থবক থাদোকই। মনিপুরদা উকিলগী থবক তৌবা হৌরবদা মতিক চপ-চানা ওফালতি তৌই। হৌজিক কাওবা মহাক্না বি, এল পাশ তৌরগা মতিক চানা মণিপুরীনা তৌদ্রি। হন্দকী মণিপুরগী মীথনবদা মহাকনা থন্দুনা লৈপাকনা থাগৎলি। মহক্কী পুনসিগী থবক্কি লৈপাকত ঈশৌ—লাংদনা, বাএন কাইদনা চৎপা পামই। হৌজিক মানা মণিপুরগী ফাইনেনস মিনিষ্টর ওইরি।

৪। মেজর অ'র খতাটিং বি, এ, মন্ত্রী অমনি। জাতি তাংখুল খৃষ্টিয়াননি। কালকাত্তা ইউনিভার্শিটিগী বি, এ, অমনি। অমিসুবা ল নজাওদা লান মাওরুই, মাহুদগীনা এম, বি, ই, অমসু এম. সি, উপাধি ফংলকই মেজর ওইরক। মহাকনা প্রজাসিংগী সেবাগীদমক্তা মাগী অতোবা মকল হংজক্না লাংদাই সরকারগী মিনিষ্টর ওইরে। লৈপাকনা মী—থম্নবদা মহাকপু অমোক হয়া থন্দুনা হৌজিক মিনিষ্টর ওইরি মহাককী পুনসিগী থবকতি লানগী মতমদা থবাইনা পনথা ওইরম্মা মরৈপাক, মজ তিবু ও কপ ঈ লব মতমদ না বাএম প্রজাবু ঈংনা পানকনবা অসিগুম্বা অরিবা প্রকসত্যতা অসি মহাকনা পামই। মহাক অসি পুকচেল চিংবা, অচু বদা কিদবা অ সু পাংথোক—চানবগীদমক লৈপাকনা মশক থই।

৫। অএকপম শ্রীযুৎ গৌরবিধু সিংহ মন্ত্রী অমনি। পিতা অএকপম ওঝা ৺চগেমজোননা পে কপনি। মনিপুরগী অক ওবা ওঝা — ইশৈ - হৈবা অএকপম ওঝাগী মচুনি। মহাকপু ওলোন ইতিকী হৈ সিংবাগীদমক মণিপুরগী ললোনবা সিংনা হন্দকী মীথম্না মাবু থন্দুনা হৌজিক মিনিষ্টর ওইরি।

৬। মিষ্টর তেবকিলোং— মন্ত্রী অমনি। মহাক অসি চীঙ্গী মীথম্না প্রজানা থলকনা মণিপুরগী মন্ত্রী অমা ওইরি বুদ্ধি যাম্না লৈবা মীনি। তাংলিবা মাহৈদা মনিং মমাং য়েংনা অফমু নিংথিনা তাংই, খাং তুং এংনা চৎপগীদমক লৈপাকনা মশক থংই।

# মণিপুরগী রাজনৈতিক সংস্থান অথোইবা
# মঃ সঃ কংগ্রেসকী।

মণিপুরদা মঃ সঃ কংগ্রেসনা রাজনৈতিক সংস্থান অপুনবগী মানা ইহেন লেনবা সংস্থাননি। মণিপুরগী মহৌশাশানা লৈরকপা জাতিগী অমসুং দেশগী সভাদা মতমগী মতুং ইননা থোরকপা সংস্থান সিংনা তিনসিনলগা মঃ সঃ কংগ্রেস থোককখি। মরম অসিনা দেশ অমদা লৈবা চৌনবা দেশ অতুগী পানবা মানবা বিভাগকী সভা অপুনবা সভা অসিনা মুন্না লৈ অমসুং মাসিদা জাতি,, বর্ণ অমসুং ধর্মগী নিপা থাইদনা চপ মান্নবা অধিকার লৈ। মহাকপু পুম্না কাউনগা মঃ সঃ কংগ্রেস সভানা মণিপুরগী মকোকনি। মহাককী অহানবা সভাপতি শ্রীযুৎ ভুবনম্না সিংহ রাজকুমার অমসুং জেনেরেল সেক্রেটরী শ্রীযুৎ ময়নাম খোইমচা সিংহনা ওই। মথংদা সভাপতি শ্রীযুৎ তমালসিংহ, জেনেরেল সেক্রেটরী শ্রীযুৎ লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহনা ওই। হৌজিক শ্রীযুৎ এলাংবম তোম্পোকসিংহনা সভাপতি ওইরি অমসুং শ্রীযুৎ লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহনা জেনেরেল সেক্রেটারী ওইরি।

১। শ্রীযুৎ ভুবনম্না সিংহ রাজকুমার - পিতা — শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজগী মসু ইবুঙো শ্রীযুৎ খুম্বা-চাওবা সিংহ রাজকুমারনা পোকপনি। রাজকুমার অসি লাইব্রেরীক তমলিঙৈদা হাইস্কুলদগী মহক্কপু মেডিকেল লাইনদা তমনবা বাএন পাইবা লৈনা চংহনখি রাজকুমারনা থবা তৌনগা পানদুনা তমদনা লল্লকই। রাজকুমারগী স্বদেশ, স্বজাতিগী সেবাগীদমক্তা পথাপ মহৌশানা মশাগী পোকপাদগী লোইনরকই। মতম অমদা মণিপুরগী বাএন পাংবাসিংনা ঊসিংগী থাজনাদা লৌবা চৌনবগী রাজনা হেননা লৌরমই। মাহুগী বিরুদ্ধা জেলদা চংদুনা তরামচাগী সেবা তৌরকই, মহুদগী ঊসিংগী খজনা হনখখি। তরামচাগী সেবাগীদমক লাংদাই সরকারদা মন্ত্রী ওইখি।

২। শ্রীযুৎ তমাল সিংহ — মহাক লৈপাকনা অহানবদদি লৈপাককী তরামচাগী সেবা তৌবা পানবা অমসুং খুংশা হৈবগী থবক্তা রামনা হেবা অমা ওইনা মশক খংলকই। নেতাজী সুভাষ চন্দ্রনা ভারত মাতাগী উদ্ধারগীদমক লৌরককৈদা মমাগীদমক মথবাই কংকে হাইদুনা আজাদ হিন্দ ফৌজদা চংদুনা, অদুগ মরৈপাক্তা থোরকই। লৈপাককী মজাতিগী সেবাদা মহাককী নিংথিবা পুকচেলতিংবা মকনা মহাকপু মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা খনদুনা সভাপতি ওইখি। মহাককী মতমদা ভারতকী মূল জাতীয় কংগ্রেসনা মণিপুরগী নেতা অমা ওইনা মশক খংখি।

শ্রীযুৎ গৌরমণি শর্মা নিপা অসি স্মৃতি শাস্ত্রদা মণিপুরী জাতীদা অগ্রণিদগী ওইনা তাবতবা কাউই। অদুগা হৌজিক ওইরগা ব্রাহ্মণগী হৌনবি গুরু। নাকা লৈহুনা মহাক্কী নহা ওইবাগী পূনসি লেনদকই। মণিপুরী পণ্ডিত অমা ওইবা শ্রীযুৎ নবকীশোর পণ্ডিততগী শ্রীযুৎ মদন থকনা দর্শন শাস্ত্র তম্লকপা নিপানি। মাহোৎনা লৈবা ব্রাহ্মণতাদা ব্রহ্মা চরিত্রনা অরিত ওই মহৎপা মহৌশানা লৈপাককী তঙা মপাগী সেবা তৌবনা যাদ্রে ব্রত ওইরকই।

লৈবাক লৈপাকপগী শ্রীযুৎ গোপাল সিংহ নিপা অসি মহাক্কী থবক তৌবগী মতম অপুম্বা সমাজ পক্ষায়গী খোহাল্লোবগী থবক তৌহুনা লেনখি. অহুনা মাবু লৈপাকনা গোপাল মোহরি হায়না খঙৈ। নিপ অসিগী পুনসি— চুম্পদা তৌবা থবকনা মণীধগী কান্নবা হোৎনবাতন' মপুনসিগী পাইনবা চু। ওইরকই। মহাক্কী ইথুা-ইমগী মায়ুমবাকি তুমা চাবানা চিংবা লেং— ওৎপা পুরমকনা মীয়ামগী মশক ওইবা নারায়ণবু সেবা তৌবা মাহুদগী থোকপা মহৈনা ঐ মমস্তু ঐগী হাঙবদা ইতা তাদবা কৌবা— ভগবৎ ভক্তি অ'স চৎপ গী মণিপুরীসিংগী প্রতীক অমনি।

শ্রীযুৎ এলাংবম তোমপোক সিংহ— নিপা অসি মঃ সঃ— কংগ্রেসকী অমি থোকলিন্নৈদ থোকখিবা কাংবুনা লিংখৎপা মঃ সঃ—গী সভাপতি ওইহুনা অযোক তিনসিপ্পবা কাউবা নহাকনা সভাপতি ওই। মহাক্তি মহাত্মা গান্ধিগী আদর্শ মম অহুম, অহিংসা, সত্য অমসুং অস্তেয় অসগী সিদ্ধান্ত নত্তে, প্রতীক অমনি হাইবদা হা-ঙৈমনবা থোকলোই। থাকম অসি মাগী হৌখ্রবা পুনসদা থেকখিবা থোলোকন তাকই। মহাকনা মহৈতমলগা অহানবদা লে'কংসংনা থবক তৌই। মতম অহুগী বাএনদগী থোকপা লৈপাক্কী ম্ভাইতবা উবদা মযাগী মথাদা য়ায়বা মচীন—মনাও-সিংগ দমক মুংসিবনা মমাংহুনা মবুক থম্বা পুনসি চুপপগী মমন হক্লেক্না তাই-বং মপুগী পোক্কম পাপ— লেংদোকম কৈস্থমসংদা হুংনি মৈচাক পোকথোকলুই। মমাগী মীনাই কোক্কবা মাগী লাইনিং চঃর চেৎপা উবদগী তেনদা মচা নিঃ পিয়ার্শ নবা বাএন চৈ পাইনবা মত্রীগী থুবম উত্থনা উগী—থেথী সাবম ঐ মত্রী ওইগে তা নবা নত্তে হাঙহুনা লৌখিদে। মচীন— মনাও'সংনা পাদম লৈরগা মমাগী সেবা তৌবদা চংথোক্লবে নিংহুনা মহাত্মাগী অথোইবা থুংলাই সত্যাগ্রহ পাইহুনা মমকী সরকারগী মতমদা কানগুম্না চোংথোকখি। অসিগুম্বা নিপ। অস রাজনীতিদা ইতি-হাসদা মুতবা থবান মচাক ওইনা চানহৌরগনি।

—◦—◦—

# মণিপুরগী
# ৱাএল অমসু ৱাএলসং।
## মথক্তা হৌখ্রবাবু নিংসংবা।

### ১বা ৱাএল'

নৈপাক অসিদা চহী খ্বা ৱারেলদি নি থৌনা মাগী মন্ত্রীশিংগা লোইনচুনা লেপ্লাগা ৱাএল তৌরমই। মাখোইনা মাং লমচৎতা লাইগুরুনা তৌরকপা অদু ঙাকপানা মাখোইগী তৌগদবা ওইরমই। মতম অদুগী ৱাএলদু হৌজিকী মরোনদা হাইরবদি রাজতন্ত্র কৌবা যাই।

### ২ সুবা ৱাএল।

ভারততা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা চাওখৎলকপদা মণিপুরবু মতম কুইনা খুমচুনা লৈরমই। বৌদ্ধগী গণতন্ত্রগী ৱাএলনা মণিপুরদা মত্তা অমা ওইনা চলকই। খুল খুলগী গোপালনা মধুনগী অকুপ্পাগী ৱারেল ই, অচৌ অচৌবা, অমসু খুল অমগ ২ এং-নবাগীনা নি থৌগী ৱাএলসংদা ৱাএল্লি। ৱাএলসংগী ৱ'এনবাশিংনা নি-থৌগী মথাপোল্লা ৱাএল্লি। অমসু মাখোইগী মাং লমচৎকী ৱাএলদগী হোংদবা য়াদবা ৱাএল য়াও-রক্লবদি নৈপাক্তা নৈবা শাগে পুরমকী মচুং সিনবা ওইনা পীবা কৌখৎলগা মাখোইগী মত্ত লৌচুনা নি'থৌনা য়াবগা হারগী কোংহোকই, মাদুবু মাখোইনা ইংহোল্লমই। মাসিবু পঞ্চায়েৎ অমুরা ভারততা কৌনৈ। নৈপাক অসিদ'দ মমিং অসিমক্তি অহান্-বদা কৌনরমদে। মতম অ'সিবু রাজতন্ত্রগা প্রজাতন্ত্রগা য়ানা চৎপা মতম কৌবা য়াই।

### ৩ সুবা ৱাএল

মণিপুরনা বৃটিশ ভারতকী মথাপোনবা ৌৌগৎপদা চৎপ' ৱাএলবু ম'ণপুরগী অহুম সুবা ৱাএলগী থাক কৌবা য়াই। মতম অদুদা মণিপুরগী চৎলকপা ৱাএল ঙাক্লবা কাইদনবা, ৱাএলসং অনি লিংখৎলি মাদুদি- পঞ্চায় অমসু চৈরাপনি। অনিদুগী মথক্তা বৃটিশনা অরোইবা হাককম ওইদুনা চৈরাপ অমসু পঞ্চায়দা তৌরকপা ৱাএল অমসু লানএলবু এ্লমই।

### ৪ সুবা ৱাএল

বৃটিশনা ভায় চুড়াচান্দ মহারাজবু পাদি পিরবদা দরবার লিংখৎলি। মাদুদগী চৎপা ৱাএলবু ৪ সুবা কৌবা য়াই। মতম অদুদা দরবারনা ৱাএল শেষ অমসু ৱাএল পাইব অনিসুপনা ওই। দরবারদা লোংপোককী ৱাএল হৈবা বৃটিশ মচা অমনা মুচিংই। মাখোইনা চৈরাপ অমসু পঞ্চায়দা তৌরকপাবু এংদুনা হাককম ওইরমই।

মাখোইনা তৌবা অহুবু পি. এ.গা ভিন্নহনা নিংথৌনা অমোক এংলমই। মাহুন চৎপা বাএনদি— মহোৎশাগী চৎনবা বাএন কাইহ মাদে, চৎনবীদা অনিখোকপগুবগা নত্রগা বাৎলম্বা মফমদা, অমম নৌনা হাপচিন্দবা মানবা মফমদা বৃটিশ ভারতকী বাএন চৎপা অসিনি। অসিগুম বাএনদৈ অসিবু দরবারতনা পাইরমই। দরবারনা মণিপুরদা লৈরবা মমাংগী বাএলসং পুন্নফগী মপাংগন কনবা ইকেন হেনাখ, মতুং দম মাহুপকনবা বাএনসং থোরকনি হাঙনা নিংবা প্রজা অমুখনা পামনহরে।

৫ সুবা বাএল।

অনিশুবা লান লোইরমদাইদা হোংবা বাএলবু ৫ সুবা বাএল কৌবা মাই। মাহুদা হ'জকসু লৈরি, অাইবংপান অপুবগী ওইব লালবা, নোংপোক থংবা ভারতকী লান শোরুকমদা মণিপুরদাসু অচৌবা মফম অমা ওংখি। লান অহুখা ভাইবংপান বগী জাত পুন্নমক লান মাওই অহুনা মাগী লানকম অমা ওইবনা মণিপুরদা ভাইবং মী জাত অপুবা সুনা লাকই হাঙবদা হাঙমনবা থোকখিদে। অহুগুম মতম 'হুদা মণিপুরীশিংগা অমসু মণিপুরী নত্তবাসিংগা বা থোক্লকই। মাহুদি - মী হাৎনবগুবা অচৌবা থোকখি। মাহুগুবদা নামতনা বাএল তৌবা য়াদবনা মণিপুরগী ব এলসং অচৌবগী তৌকম থোকপসু মাওখি। মতম অহুদা দরবারনা মণিপুরগী মহৎশিনবা ওইহনা ভাইবংগী বাএন তৌখি। অসিগুবা লাইপক অসি লৈশেম্নকতৌদগীনা বাএন পাইবা লৈতৈ মচা অমত্তনাসু কংখিদরি। মাহুবু অকবনি কত্তবনি হাঙবদি মতুংদা ইতিহাসনা লেপহৌগনি। মাহুদা বাএনচৈ পাইখিবা নিপাদি— ১। শ্রীযুৎ ভাস্কর সিংহ রাজকুমার ২। শ্রীযুৎ সৌগাইজম সমরেন্দ্র সিংহ বি, এ। ৩। শ্রীযুৎ লাইরেন মযুম ইবুঙোহল সিংহ বি, এল ৪। শ্রীযুৎ সজেৎম নদীয়াচন্দ সিংহ বি, এ মাখোই মরি অসিনি। নিপা মরি অসি মণিপুর লৈপাককী বাএনগী বায়োদা মতম হুইনা যুৎনরোইদবা ভাকনি। অহানবা শ্রীযুৎ ভাস্কর সিংহনা মণিপুরদা মপা মপু চাওরকপা থুংকন পাজনবনা পাল্লকপগী প্রতীকনি' শ্রীযুৎ সৌগাইজম সমরেন্দ্র সিংহ, শ্রীযুৎ লাইরেন মযুম ইবুঙোহল সিংহ, অমসু শ্রীযুৎ সজেৎম নদীয়াচান্দ সিংহ অহুম অসি হ মণিপুরদা লাইরিক হৈবনা বাএন পাইহনা নিয়মতম্র চৎকদবগী অহানবা পরিং লাংসং হনবনি। নিপা অহুম অসিনা মণিপুরদা নিয়মতন্ত্র চৎপগী প্রতীকনি। তৌইগুমবসু শ্রীযুৎ সমরেন্দ্র অমসু শ্রীযুৎ ইবুঙোহল অনিদি মাখোইগী মশাদা আভিজাত্যগী মওং লৈরি, হাঙবদি লাইগুরুদগীনা নিংথৌগী ফমাইরকপা, অচৌবগী মচা মত হাঙবাহু পকনি। অহুগা শ্রীযুৎ নদীয়া সিংহদি তশেং তশেংব মহৈ হৈজবতনা অসিগুম্বা থুতম অসি কংসুবনি। মরম অসিনা মাখোই মরি অসিবু মণিপুরগী ইতিহাসতা বৌদযুগকী শিরম্নগুম্বা অহম থোকনা খাংদোকহুনা মতম কুইনা লৈহৌরমনি।

মরমদি: লাইশুকপী মরহুতদা এংলবস্থু শ্রীযুৎ রাজকুমার ভাস্কর, শ্রীযুৎ সমরেন্দ্র-সিংহ, শ্রীযুৎ ইবুঙোহলসিংহ মাখোই অহুম্বক কৈথাক থারকপনি। মখোয়দা এংল-বস্থু শ্রীযুৎ সমরেন্দ্র সিংহ, মণিপুরগী গ্রেজুএট অহানবনি। আইন থংবাগী মরমতদা এংলবস্থু শ্রীযুৎ ইবুঙোহলসিংহ মণিপুরগী বি এল, অহাম্বনি। থবক তৌরকপাগী তদা এংলবস্থু পঞ্চায়তগী মেম্বরদগীনা বাএনস দা হৌরক্লনা দরবারগী মেম্বর কাউবা তৌরকপনি। অহুপা চুরগী মণিপুরগীভা নত্তনা তাইবংবানগী লান্দা জয় ওইহুনা মমাংদা মীঃথাই মীহেনবা লণ্ডন মচা বাারিষ্টারনা লেপ্লনা ঙাংলগা জয় তৌরক্লবনি, লৈবাক্তী ভরামগাগী থবক্তা এংলবস্থু শ্রীযুৎ সমরেন্দ্রসিংহ অমস্থু শ্রীযুৎ ইবু-ঙোহলসিংহনা য়াওরমদবা লৈপাক্তী থবক অমত্তা য়াওবে, চদিদা এংলবস্থু মমায়বদি গবর্ণর কাউবা ওইরে ! অহুনা মাখোই অদি মণিপুরগী ইতিহাসদা মুৎলরোইদবা ঙাক্ননি।

অনিস্থবা লামজাওই লোইরমবাই য়ৌরকলে, মণিপুরগী বাএল মওং অমা হো বা মতম চংলক্লে। মতম অহুদা দরবারগী বাএল লেখপা, অমস্থু বাএল অহুবু সিজয়রবগা অনি থোকনা থাইদোকলে। মতম অহুদা বৃটিশ সরকারনা নিংই— মণিপুরগী বাএল পাইবাসিং অসিনা বাএল অহু সিজয়রবদা করিগুম্বা অহানবা ওইবনা হৈঙম শিংঙম-লোইদবা নিংহুনা, মতুংবা মঙাইনা বাইসংনা পুহৌনবা হাজহুনা বৃটিশ ভারতগী বাএলহৈবা নিপা অমা কৌই। মাহুদা শ্রীযুৎ কামাখ্যা রাম বরুবা লাকহুনা মতম অককবা থরগীদমক মানা চিক জয় ওইহুনা রামনা নিংথিনা মণিপুরদা বাএল সিজয়রমই।

মণিপুরবু বৃটিশনা থাদোক্লবদা, মরক্তী সরকারনা পুথিত্তৈদা শ্রীযুৎ কামাখ্যা রাম বড়ুয়ানা মহাকপী কক্ষবা চহি সুদনা চংকে হাজিরে। মতম অহুদা প্রজাগী পক্নগী মতুংদা শ্রীযুৎ কামাখ্যা রাম বড়ুয়াগী মহৎ সিনবা অমা ভারতগী কৌবগী মরমদা রামনা ঙাংনথি। কনা কনাগুম্বাসিংদি মথুংনা থোকনা পাউজেল চেদা ইনথি। চেসিংনস্থু মাগী মাগী মত ইনথি। মাহুগী ভিনসল্লগা অসমা ভাবত্তি— ঐখোইগী ঈরৈপাক মচাম্র পুজবা ঙমলে, মীরৈবাক মচা অমা কৌক্ষবগী কামবাস্থু লৈরোই। মাসিমক্তদা মকৌক্ষবদি ঐখোইগী জাতি অসিমক্তবু অপুম্বক মরাংগী মথাদা মতম কুইনা লৈরসি হাজবনি। অমস্থু কৌকয়বস্থু ঈরৈপাক মচাবু হেনবা কংলোই; অহু ওইরবদি স্বজাতি ঈরৈপাক মচাবু মশক থংদবা অংস্থ ঈকাইবা পীবনি অসিনচিংবনি। মীয়ামগী ভাব অসিদি মতম অমদা ইতিহাসনা বাএল্লগদবনি। মতম অহুগী লৈপাক পুবনা (লংদাই সরকারনা) মরৈপাক্তী স্বজাতিগী দমক ফনবা পামহুনা শ্রীযুৎ ঠাকুর লক্ষ্মীনারায়ণ বি এ. এল, এল, বি, বু কৌখোকহুনা মানা হুজিক মণিপুর চিক কোর্টকী চিক জজ ওইরি।

# ভারতবর্ষ।

খবত কেৎনা মচা অহম তম্নতা পীর্বা লম্ ভারতবর্ষ কৌই। মাহাক্তি মথারোম্নদা সমুদ্র, অম্নাংদা হিমালয়না কোন্দুনা মাগী চীঙখানা নোংপোকী সমুদ্র, নোংচুপ্তা নোংচুপ সমুদ্র কাউবা কোন্শিনলি।
মাগী মরাইদা চপ চানা নোংপোক নোংচুপ্তা চৎপা ট্রোপিক অব্ কেনসার লৈ, লম্রি অসিগী অম্নাংথংবাবু অয়াংথংবা ভারত কৌই। পুরাণ যুগতা মাসিগী মথৌবু পৃথিবী কৌরমই, মরমদি-পৃথু নিংথৌনা পানলি। অমসু ট্রোপিক অব্ কেনসারগী মথা থংবাবু মথাথংবা ভারত কৌই। অম্নাংথংবা ভারততা চীংচুং (অন্তরগিরি) চীঙনাক (উপগিরি) অমসু চীঙ মপান (বহির্গিরি) অসুম্না অহমথোক্না থাইরমই। মহাক্তি মযুং লৈনা চিথেক মরি পানবা লৌবুক কুমই।

মথাথংবা ভারতনা চিথেক অহম নাই, কুমারিকা অন্তরীপলোমদা চিথেক অমা, মাপোমদগী অম্নাংপাংনা চৎথিবা, নোংপোকথংবা সমুদ্র মপানগী মহেন্দ্র চীঙশাংনা লোইরবা অম্নাংলোমদা চিথেক অমা, মাসুম্না নোংচুপথংবা সমুদ্র মপাম্না অম্নাংথংবা ট্রোপিক অব কেনসারগী মনাক্তা লোইরবনা চিথেক অমা, মাসুম্না চিথেক অহম অসি থোকই।

তাবনা লকাদগী চিংলকপা লম্রি অমনা উজ্জয়িনীগী মথক্তা লানখিত্রনা অম্নাংদা ধ্রুব থবামমচাক্না লৈবা মপা কাউবা চৎপ্রবদি মাহুনা ভারতকী থাবাংগী লম্রি ওই। নোংপোক নোংচুপকী লম্রিনা ট্রোপিক অব্ কেনসারনা ওই। মাগী মনাক্তা বিন্ধ্য চীঙশাংনা মথংদা সমুদ্রগী (অম্নাংথংবা) মপাম্না নোংপোক তম্না কাথংতুনা খুদম ওইনা লৈ।

থাবাং তিন্নবা ভারতনা বর্গ মাইল ১৫, ৮১, ৪১০ নি। ভারততা ইং ১৯৪১ দা নিপা হুপী পুম্না থাম্নবদা মীকোক ৩৮, ৮৯, ৯৭, ৯৫৫, লৈ, মাহুদা নিপা ২০, ১০, ২৫, ৭২৬, হুপী ১৮, ৭৯, ৭২, ২২৯। সহর মসিং ২, ৭০০, খুন লৈকাই মসিং ৬, ৫৫, ৮৯২,। যুম মশীং ৭, ৬০ ৩৫, ৩৪৫। সহরদা লৈবা ৪, ৯৬, ৯৬, ০৫৩, লবাইদা লৈবা মীশিং ৩৩, ৯৩, ০১, ৯০২।

## গভর্ণর অমামম্না লাকপা প্রদেশ তম্নামাথোই।

১। **বোম্বাই** চাওব' ৭৬, ৪৪০ বর্গ মাইল মীশিং কোটি অনি, লক্ষ নিপাল মথাই। চৎলবা লোন গুজরাটি, মারাঠি, অমসু কানাড়ি। রাজধানী বোম্বাই।

২ মাদ্রাজ— চাউবা বর্গমাইল ১, ২৬, ১৬৬, মীশিং কোটি মরি লক্ষ তরা মদোট।

৩ পঞ্জাব— চাউবা বর্গ মাইল ৯৯,০৮৯ মীশিং কোটি অনী, লক্ষ মরিফুমরি। চৎনবা লোন—পাঞ্জাবী, হিন্দি, অমসু উর্দু। রাজধানী লাহোর।

৪ যুক্ত প্রদেশ— চাউবা বর্গ মাইল ১,৫৩,২৪৭। মীশিং কোটি মঙা মথাই। চৎনবা লোন—উর্দু অমসু হিন্দী। রাজধানী লক্ষ্ণৌ।

৫ বিহার - চাউবা বর্গমাইল ৬৯,৭৪৫। মীশিং কোটি অহুম লাক্ষ হুম্ফু হুমদোই। চৎনবা লোন— হিন্দি। রাজধানী পাতনা।

৬উরিশ্যা— চাউবা বর্গ মাইল ৩২,১৯৮। মীশিং লক্ষ মরিফুতরেৎ। চৎনবা লোন— উড়িয়া। রাজধানী— কটক।

৭ বাঙ্গালা— চাওবা বর্গমাইল ৮৩,০০০। মীসী— কোটি তরুক, লক্ষ অহুমগা থরা লেপ্লি। লোন— বাঙ্গলা। রাজধানী— কলিকাতা।

৮ আসাম— চাওবা— বর্গ মাইল ৫৪,৯৫১। মীসী— কোটি অমা, লক্ষ অনি। চৎনবা লোন— বাংলা, আসামী অমসু পাহাড়ী। রাজধানী— শিলং।

৯ সিন্ধু— চাওবা— বর্গ মাইল ৪৮,১৩৬। মীসীং— লক্ষ নিফু মঙা। চৎনবা লোন— সিন্ধি। রাজধানী— করাচী।

১০ মধ্য প্রদেশ অমসু বেরার— চাওবা— বর্গ মাইল ৯৮,৫৭৫। মীসীং— কোটি অমা, লক্ষ মরিফু তরুক্।

১১ উত্তর পশ্চিম সিমান্ত প্রদেশ— চাওবা— বর্গ মাইল ১৪,২৬৩। মীসীং— লক্ষ কুহু মার। রাজধানী— পেশয়ার।

---

## ভারততা লৈবা ধর্ম্মচৎপা মীকোক্।

১। হিন্দু— ২৫,৪৯,৩০,৫০৬। ২। মুসলমান ৯,২০,৫৮,০৯৬। ৩। খৃষ্টান ৬৩, ১৬,৫৪৯। ৪। শিখ ৫৬,৯০,৫৪৭। ৫। জৈন ১৪,৪৯,৫৮৬। ৬। পার্শী ১,১৪, ৮৯০। ৭। বৌদ্ধ ২,৫২,০০০। ৮। ইহুদী ২২,৪৮০। চাওবা লৈবা জাতি ২,৫৪, ৪১,৪৮৯। ১০। অতৈ অতৈ ৪,০৯,৮৭৭। অমসু লমথৈগী মনাক্তা লৈবা মাথোংবু মীসীং থিবদা ধর্ম্ম হংদবা মীকোক ২৩,৭১,৭৭২।

## পাকিস্তান।

মতম অসিদা পঞ্জাবকী নোংচুপথংদা সরুকা, সিন্ধুগা অমসু বাঙ্গালাগী নোংপোক

মী তরা অমা মঙা অমাতং য়াওই। করিগুম্বা মাখোইগী শক অদু থাইনা লৈরম্বরা এংবদা হুজিক্কী চহি লিশিং মরি মঙাগী সরুদা অমত্তা য়াওদে। সুপনগী গঙ্গাবতা তক্ষশিলাগী লাইসং মক্তংদা লৈরবা লখোইবা শাংকুম ময়ক্তা অমা অনি ফংই। মাখোই অদুদি মহেঞ্জোদরোগী শকগা এংনবদি ঙরা তগী'ন।

মৈতৈ শককী লৌকম জাতিগী মৌশকপ মশক, হুজিক কাউবা পণ্ডিতসিংনা তশেংনা চাঙবা ঙমদরি। মাসিগী মথৌদি ঐখোইনা খঙই— নাতোন তেনদি অমসু নমই। শক অসি পানবা জাতনা ভারতবর্ষদা হিমালয়গী চীঙথোং য়োনা লৈখি। অদুগা গঙ্গা ব্রহ্মপুত্রগী মপান ইনা ময়াংথংবা ভারত অমসু মথাংবা ভারততা য়ামনা তাখি। সমুদ্রদা চংথদুনা মাদাগাস্কর য়ৌখি। নোংপোক্কী চীঙথোংদগী হৌদুনা বর্মা, কম্বোডিয়া, মালয় অমসু ভারতদ্বীপপুঞ্জ ফাওবা সন্দোকখি। অদুনা প্রশান্ত মহাসাগরগী দ্বীপ মচা মচা ময়াম যাউবা লৈখি।

ঐখোইগী লৈরোম্বা বাঙালী ইন ইনাও শক শকতি দ্রাবিড় কৌবা অনথুগী শককা মাইন্নে। অসিগুম্বা মৈতৈ শক, অমসু দ্রাবিড় শক, শক অনিসি লিবম ওইরগা ভারত মচাগী মশক ওই। অসিগুম্বা শক অসিবু আর্য্যবাদী, সাম্রাজ্য সন্দোকপা ইউরোপ মচানা অনার্য্য শক কৌই। ভারতকী বেদনা চিংবা প্রাচীন শাস্ত্রনা শক অসি পানবাবু বৈদিক সংস্কার তৌরবাদ্রা আর্য্য কৌই।

## মৈতৈ লোন।

ভারতবর্ষ মচাদা মশক, মচু, মরোন অমসু লৌন্দা মাম্নদবা ময়াম্বা তিননরগা ওইর'নি। অমগা অমগা তিন্নদবা লোন ময়াম অদুন পুন্নপ হিল্লবা লোন অমা লৈ, মাদুবু ভাষা কৌই

ভারতকী অমগা অমগা মাম্নবা লোন ময়াম অসি য়েংসি। ভারতকী অথাং নোংপোকতা অরোইবা থুন্দোনদি 'ভবুগর্নি। মাদুদগীনা মাই থবা ওন্দুনা ভারতকী মতোন মতোন্দা লৈবা থুন্দোনগা মথে চংকনি। মাদুদা উগানি- থুন অমগা অমগা মরোন ইতিন তিন্নরে। বোম্বে য়োরে, মাদুদগীনা মাই অথাং ওন্দুনা অমোক চথলে। থুন থুনগা মরোন ইতিন তিন্নদে। দরনীস্তান য়ৌরে, মাইল লিশিং অনি চা নিপালগী লবেলনি। অমুক শাংগ্রবা লবেল আসদা লৈহৌবা থুন মচা ২ অসিদা তিন্নদবা লোন ময়াম লৈহৌবা অদু মাসুপ য়াম্মি হাঙবা সিংথাবানকপু ঙমদে।

ইউরোপ মচা লোনলৈবা গ্রীএশন লাইপোকনা হাঙ্গ— থুন থুদিংগী মরোন মরী তিন্নদবা ভারতকী থুন্দোন মচাসিংনা মাগী মাগী মপুকনিং ফোংদোকতুনা থুন লাম্না ময়ামগা মাঙাংনবকই। অমসু তাবসু থংনরকই। অদুগুম্বা লোন অদুনা লংসুং

ওইদুনা। ভারত অদুগুম্বু অমত্তা ওইনা চেৎনা পুন্দুনা থমই। অসিগুম্বা লোন অসিনা মাবু মখি তঙবা লৌই।

খৃষ্টনা তরা মাপল সুবা চাগী মথক্তা তংথাইদা থাম্লগুনা এংবা মতৌনা অচুম্বা পোৎশক অমা পুরাকই। মাদুদা ইথুইনা আর্য্যভাষা কৌদুনা থানরিবা লাই পুম্মক্তা মরু ওইবা লোন অমা লৈরমই, মাদুগী বৈদিক লোন অসি পাকথিবনি। বৈদিক লোনদা ভারতকী অমত্ত ওইবা লোন ভাষাগী ফিবমদা হোৎদুনা অনবা লোনদু সংস্কৃতভাষা কৌই।

অসগুম্বা ভারতকী ভাষা কৌবা লোন খরসিং। মৈতৈলোননা মমা অমত্তদগী পোকখ্রবনি। তৌগুবসু চানবাদ মৈতৈলোননা হাননা, অছুবা মৈতৈলোন কৌনা মখিং থোনবদি কুইরবি।

## মৈতৈগী ধর্ম্ম।

দেবতাবু চৈ, লৈ, সিন্দুর, চন্দন, পত্রনা ধূপ থাওমৈ থাদুনা ঈড়াংপা হাঙৈবসিবু হিন্দুগী ধর্ম্মনা মাঙোন্দগী লোখবা, মথো মতুম তৌবদা, মীয়াম তিম্নবদা পানা এনবা চাঙৈবা সভ্যতানা মাঙোন্দগী হিন্দুনা লৌখবা, মনা সিরগ অমোক পোকই, অসিবগী লৈপাক্তা লৈকই, মাথোইনা ফনবগী চমক চিংহোৎরিবা মচা মসুনাচিংদনা শ্রদ্ধ সোনহৌবা অসিগুম্বা হিন্দুগী ধর্ম্মদা মানা ভারততা মুৎপ্রগা মখি ওইনা থাদুনা লৈহৌবা অমসু ব্রাহ্মনসিংনা লাই সেবা তৌবদা সাবা থেন মুত্র নাচিংবা অসিনা মাঙোন্দগী থোকথিবা অদুগুম্বা ধর্ম্ম অদুনা মৈতৈগী ধর্ম্ম অসিবু পোকই। হাঙৈবাদ মানা কীবম ওইরগা যুদ ওল্লকপগী অনৌ অনৌবা ধর্ম্মনা মপানদা উবা ফিজোন ওইদুনা য়োমলগা মহৎদনা হাম্নদগী ইহোং হোংদে, মাংনা মৈতৈগী ধর্ম্মনি।

১। বেদ অমসু ব্রাহ্মণনচিংবদগী ওইরকপদগা অমোক. ২। পাণ্ডুগী মচা মাইমবা ভীম সেনদা নাম প্রচার তৌরকৈদগা ভমোক, ৩। বৌদ্ধগী মহাযান পন্থীনা ধর্ম্ম সন্দোক্লকপদগা অমোক, ৪। ক্যাম্বা নিংথৌগী হাকথক্তা বিষ্ণুবু ঈড়াংপা হৌবদগী অমোক. ৫। নিংথৌ চরাইরোংবা হাকথক্তগীনা নামদীক্ষা তৌদুনা গৌড় ব্রাহ্মণ দগী লোড়ীয়া লৌবা অমুক. ৬। গরিব নবাজগী হাকথক্তগী বাঙালাদগী হন্দুদুনা লৈপাকচাবা ওঝানা ভাবদুনা বঙ্গদেশ পালা হৌদুনা কীর্ত্তণ ধর্ম্ম চৎপা অমোক ৭। ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ নিংথৌনা শ্রীশ্রী৺গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী নরোত্তম মহাশয় ঠাকুর শাখাদা শ্রীরূপ রামানন্দ আচার্য্য ঠাকুর গুরু ব্রাহ্মণদগী দীক্ষা তৌবদগী অমোক. অসুম তৌদুনা অগৌনবগী ৭ সুবা ধর্ম্ম অসগী মহৎদা লৈবা ইহোং হোংদবা মৈতৈগী ধর্ম্মগা এনহৌডদগী তিম্নথরে। মাদুগকী মতিক চেৎখি মাদুদি—ধর্ম্মগী লাইরিক

হৈখ্রবা পণ্ডিতমক্কু কদাইনা হায়গীনো; কদাইগীংথৈনা অনৌংনো হাঙীবা মশক থংদয়ে। অনি অসিগী তিয়াখিবনা 'খায়কপা ধর্ম্ম অহুনা মাসুপকী মতিক নিংথুয়ে — শ্রীশ্রী৺গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী খোকনফম নবদ্বীপ থামদা চৎতুনা মৈতৈনা মাংত্রবা, মুৎত্রবা শ্রীগৌরাঙ্গ ধর্ম্মবু অশোক নৌনা হৌদোকনুই। মাহুমনা মৈতৈনা অশোক নৌনা হৌদোক্লমত্রবাদ শ্রীগৌরাঙ্গগী ধর্ম্মাদ ভারততা বৌদ্ধধর্ম্মগুমনা মুৎত্রগদবনি। অসিগুমবা মৈতৈগী ধর্ম্মগী মরিদা তৌবিমল অসিবু কাওদনবা গৌড় ভক্তবৃন্দনা ভারতকী গৌড়ীয় মঠসিংদা, বৈষ্ণবকী তিয়কম পুয়মক' মুত্রবা ময়েকনা "মণিপুর নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা নৌনা গৌড়ধর্ম্ম লিংখৎখি" হাঙীনা ইহুনা থমলি। মাসিনি মৈতৈগী ধর্ম্মদি।

## মৈতৈগী জগোই ঈশৈ।

মৈতৈগী ললিত কলা হাঙীবদি পুং, ঈশৈ, জগোই অমসু লীলা সায়বদি মাখোইগী এলহৌঙৈদগীনা তৌরক্লবা ধর্ম্মগী অঙ্গ অমনি। হাঙীবদি ধর্ম্ম তৌবগী থাদোকপা য়াদবা সরুকনি। মৈতৈনা পুং য়েবা, ঈশৈ শকপা অমসু জগোই সাবা অসিদি ইথ্বাইগা ইমান মায়দে মাখোইগী তোপ তোপপা অমনি। ভারতকী অতৈ অমগাসু মায়দে। লৈবোমবা বর্ম্মাগা তিয়দে! অসিগুম্বা ললিত কলা অসিনা মাখোইগী উপাসনাগী মহুং চনবা উপচার মখল অমা ওইনা চৎলকই। ময়ম অসিনা মৈতৈগী পুং ময়ৈ, ঈশৈগী শৈদা, জগোইগী ফিহুপ থুখেক, পালাগী চলন গঠণ, পুয়মক অসিদা মমাংঙৈদা মৈতৈনা চংথিবা ধর্ম্ম হু'জক্তি তে.কথৎবা পুয়্নকনা মশি ওইনা তাহুনা মশক লোৎতুনা লৈহৌই। অসগুম্বা মৈতৈগী ললিত কলানা ত.ইবং অপুম্বগী মমাংদা হুজিক ঙাম্মোইদ্রি।

বেদ সংহিতা, ব্রাহ্মণ, আরণ্যক, বেদাঙ্গ কল্প, বেদগী মহুং ইনবা, মহাভারত, রামায়ণ অমসু তন্ত্রশাস্ত্র, অসিগুম্বা শাস্ত্র পুয়মকনা মণিপুর কৌবা লৈপাক অসিবু লৈপাক অতৈদা ওইদবা অমসু অথোইবা তীর্থনি, হাঙীবা অহু অহুগুম্বা মাগী মঙল অপুম্বাবু থংহুনা মহর্ষি জৈমীনিনা মাগী অশ্বমেধদা হাঙীরমই —

"রম্যং মাণপুরংনাম বভ্রুবাহন পালিতং।
দ্বিতীয়ং বৈকুণ্ঠ'মব স্থাপিতং বিষ্ণুনা ক্ষিতৌ॥"

বভ্রুবাহননা ঙাকপা, ফজবা মাণপুর কৌবা লৈপাকপু, শ্রীবিষ্ণুনা অনিসুবা বৈকুণ্ঠ গুমনা লৈপাক্তা থনখনি। মরম অসিনা পণ্ডিতসিংনা খোইদোক্লমক বৈষ্ণব সম্প্রদায়না হাঙী— "অস্মিন্ দেশে প্রসূতানাং কীর্ত্তনৈক চেতসাং।
ভক্তিযোগ বিধানার্থং ভাগ্যচন্দ্র দয়া বশঃ॥
আবির্বভূব গোবিন্দো রাসক্রীড়ামকুর্বত॥"

অসিগুম্বা মণিপুরদা পোকপা, হরিবু কীর্তন তৌগদবগী দমকা নিংঙ্গনা লৈবা ভক্ত সিংহ ভক্তিযোগ তৌহনগে হায়ৈগুনা মনাই ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌবু খুৎশিন্নদা মণিপুর লৈপাক্কা শ্রীগোবিন্দনা ঙানথোকখি, অদুগা রাসক্রীড়া সারখি।

ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ নিংথৌ অসি গরিবনিবাজ মহারাজগী মচা ইবুঙ্গো শ্যাম সাইনা পোকপনি. মমাচুং গৌরশ্যামনা পাল্লিহৈদা ব্রাহ্মণ অমা মীনা হাৎতুনা শিখি, ঐনা পানবা লৈপাক্কা ব্রাহ্মণবু ঙাকপা ঙমদ্রে, নিংথৌ ওইবা ইত্তিক চাদে হায়ৈদুনা মনাও ভাগ্যচন্দ্রদা নিংথৌ ওইবু হায়ৈদুনা সিন্নর্বনি। মচিন মনাও অনিমক ভারতকী ক্ষত্রিয় আর্য্যবংশদা পোকপনি। ভাগ্যচন্দ্রনা মথকী নিংথৌ অতৈদগী তেংখ্রাদ শ্রীশ্রী৶গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী শাখা নরোত্তম মহাশয় ঠাকুরগী সম্প্রদায়দা মহাকনা দীক্ষা তৌই, মহাকী মমাংগী নিংথৌসিংনা মহাপ্রভু সম্প্রদায় ওইখিদে।

দক্ষিণ ভারততা চা ১৭ কী লোইরমদাইদা ভারতকী শূদ্র হায়বদি অনার্য্য শাগৈ দা পোকপা ভারতকী অকাউবা শিবাজীবু নিংথৌ ওইগদবা খুদিৎ ৮ নিতা ঙাইরবদা ইং ১৬৭৪ গী মে থাগী তাং ২৯ দা গুরু গাগাভট্টনা বৈদিক সংস্কার তৌদুনা ভারতকী রাজপুত শাগৈবু আর্য্য ক্ষত্রিয় ওইহনখি। হায়ৈবদি ভারততা লৈবা ক্ষত্রিয় মচাসিং অসি ব্রাহ্মণনা কলিদদি শূদ্র ওইরে, হায়ৈজিন্দুনা ওমা অনার্য্য ওইক্ররে, দক্ষিণ ভারতকী শিবাজীদগীনা অমোক ব্রাহ্মণনা বৈদিক সংস্কার তৌদুনা আর্য্য জাতিদা অমোক হল্লনখি। অসিগুম্বা শতাব্দী অসিমক্তদা নোংপোককী নিংথৌ চরাইরোংববু শ্রীহরিনাম দীক্ষা তৌনবগী দমক মণিপুরদা লৈবা গৌড়ীয় ব্রাহ্মণ অমনা বৈদিক সংস্কার তৌদুনা আর্য্য ক্ষত্রিয় অমুক হল্লনহনখি। হায়ৈবদি দক্ষিণ ভারততা রাজপুত নিংথৌ শাগৈনা আর্য্য ওইবগা পুর্ব্বভারতকী নিংথৌ মচানা আর্য্যদা হল্লনবগা মতম চপ মান্নখি। মাথোই অসি চা ১৭ কী অরোইবা তরাদা থোকপনি। মরম অসিনা মৈদিঙু চরাই রোংবগী আচার্য্য গুরুগী শাগৈবু অহানবা গুরুগী শাগৈনি হায়ৈদুনা গুরু অরিবম কৌই। অমসু আচার্য্য গুরু অহানবগী পাটতা হায়ৈবদি স্থলাভিষিক্ত আচার্য্য গুরু হায়ৈদুনা কৌই। অদুগা ভাগ্যচন্দ্রদা কোননা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী সম্প্রদায়দা নাম দীক্ষা পীবগী শাগৈবু গুরু মখুম কৌই। অদুগা মাদুগী পাট কথাবু ধামানন্দী গুরু হায়ৈদুনা কৌই।

ইং ১৭৭৬ কী নবেম্বর থাগী অরোইবা চরোনদা হিয়াঙ্গৈগী শুক্ল দ্বাদশী ইরাই খুদিত্তা শ্রীশ্রী৶গোবিন্দনা মণিপুরদা ঙানথোইখি। মাদুগী পূর্ণিমা নিংথৌকাবা খুদিত্তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শ্রীশ্রী৶গোবিন্দদা রাসলীলা কৎখি। রাস অদুদা ভাগ্যচন্দ্রগী মচা ইবেম্মনা শ্রীরাধিকাগী পাট লৌখি। অদুনা মহাকপু সিজা লাইরৈবী কৌখি। রাস অসিবু ঙাংবম ওজা পরমানন্দনা তখি।

খোকহনবা মাদবদু খোকহনবা হৈবী শ্রীকৃষ্ণগী রাস। শক্তিনা মণিপুরদা ওং-খিত্রিবা মধুর প্রেমরসগী ঈচেল অমনা মণিপুরদা হুমিং অদুদা ওইবা।

শ্রীশ্রী৺গোবিন্দদা ভাগ্য চন্দ্রনা কৎপা রাস অসিবু তশেং তশেংনা লৌখৎপা য়াওদনা হাঙবা ঙমই, মাহাক — তাইবংপানবদা ওংখিবা শ্রীমন্ মহাপ্রভু। শ্রীশ্রী৺রাধাকৃষ্ণগা অমত্তা ওইনা ফিনাসম্নবা শ্রীমূর্ত্তিনি। ইবুংঙোনা রাসলীলাবু আস্বাদন তৌই। অমরু নি ওইরগা প্রভুনা অবতার অদুগী অমদি বাংলা, মথুরা লৈবাক্সিংদা প্রভুনা কাখিবা শ্রীমদ্ভাগবতনা কলিগী যজ্ঞ সঙ্কীর্ত্তনবু মায়কৈনা লৌগদবনি মসুমনা ভাকপা হাএল অদুগুম্বা রাএল অদুনা খোকহনবা রসগীদা প্রভুনা আস্বাদন তৌখদ্রে, মরমদা মণিপুরদা নত্তনা মফম অমদা খোকপা য়াদে মরম অসিগী দমক্তা অদুগুম্বা রাসবু সাম্নগে হাঙদুনা শ্রীশ্রী৺গোবিন্দদা মণিপুরদা সগনা লৈংলক্পনি। মাহাক খোকনা দগী দমক্তা ভক্তাবতার শ্রীশ্রী৺গৌরহরিনা নরোত্তম মহাশয়দা থনখা শক্তিনা মহাককী শাখাদা মথং মথং লাকতুনা ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহদা চংতুনা রসদীপা কৎলবনি।
(মাসিগী সম্মোকপা ব্যাখ্যাদি ঐগী শ্রীভাগবত একাদশ স্কন্ধ অমসুং দশমদা কথত্রে)

মরম অসি শ্রীকৃষ্ণরাস হাঙগদবা খোকতুনা "মণিপুর রাস" মিংকম অসিনা ভাইবংপানবা ওংনখিবনি মতম অমদা তাইবংপান অপুম্বনা মণিপুর রাস অমসুং মাগী সরুক মতেক মতেক ওইনা মণিপুরী নৃত্য হাঙনা তংদবা য়াওদ্রে। মৈতৈ মচানা ভারতকী অচৌ অচৌবা মফমদা চংতুনা শান্তি নিকেতনদা, কলিকাতাদা, বম্বেদা পঞ্জাবতা, মথুরাদা দিল্লীদা অসিনচংবা মফমসিংদা উৎলুরে অমসুং ভাবকুরে। মফম মফমশিং অদুনা উবগা মফম অতোদা ওইথোক্কবা, অমসুং ভারতকী নৃত্যকলা পুংচংবা, মকোক ওইবা, ভারত প্রধান নৃত্যনি হাইনা লৌখ্রে। মাসুম তোঙদুনা সমুদ্র লানঙমত্রবা, অফিবগী মশক ওইবা ঈশক ঈপাম নমথেকতুনা চংতুনা সিংহলদা মৈতৈনা প্রচার তৌরকরে। ভারতমচা মীখোই মীহেনবাসিংনা মণিপুর নৃত্য কোইদুনা সমুদ্র কয়া কয়া, দ্বীপ কয় কয়া লান্দুনা উৎলুরে। মরোন অমা ছায়াচিত্র ওইনা চংতুনা ইউরোপ এশিয়া লান্দুনা অমেরিকা ফাউরা য়োখরে। মাসিবু ভারতকী কয়রা মফমদা খোকপগে? কুমসতা বাঙ্গালী হাঙ্চন হাইনা ঙসিংদা মখোইগী মরোনবু ঈশৈ ওইনা শকলুবদগী মরোংনা কো দোকপা ময়াম মতুং হাইনবা থুৎথেক সাথেকগী অসিগুম্বা ফজরবা মণিপুরী নৃত্য অসি খোকই হাঙদুনা গোইরোন লোনবা হৌরি। নত্তে, নত্তে, মণিপুর রাসদা শকপা ঈশৈ, পুং, অগোই পুরনহক অসিনা বাঙ্গালীগী মথুরাগী অদুত্ত হাঙদুনা কারি তৌগনি? মণিপুর নত্তবা লৈপাক অমত্তগী মচাক য়াওদে। পুপনগী মথুরা মচা, মনাইদা সরি লোনগনবা; ব্রজদা-

সাম্নবা শ্রীশ্রী৺কৃষ্ণতা গোবিন্দ কৌহনা মমাইদা য়াওই, মাহুতা হাঙ্গৈগে হাঙ্গৈরগা বিদেশীনি। মাচস্নু য়াদে, শ্রীগোবিন্দ ইবুঙোদি মণিপুরীগানি। অহৈবা কনানো, অথংবা কনানো, ঐখোইগা প্রমাণ তৌনসি হাঙ্গৈহনা পুক্নিংদা চাওখোকচনিংই।

## মৈতৈগী সাম্নবা।

মৈতৈগী সান্নবা হাঙ্গৈবা অসিস্নু মাখোইগী থাইনা চৎপা হৃজিক্কি মওং লোৎ-প্রবা ধর্ম্মগী অদ অমনি। মাহুদি কাং সান্নবা, কা কৈ সাম্নবা অসিনা চিংবনি। মা-চুগী খমথেবা কোংদোকপনা সংগান কা কৈনি। মাসি মনিপুরতদগী মী ওইবনা তথনি হাটনা তাইবংপানবনা য়ানঙ্ববনি। হৃজিক্কি অগোইবু বাঙ্গালীনা লোগদবগী চোইরোন লোনবা ওয়া কনক পাথশিংনা ত্রিপুরত লোমদগীনি হাইজন্দুনা জয়পুর-না চিংবদা মুৎথৎনবা হোৎনবনি। মাসি মৈতৈগী ধর্ম্ম অদু চৎপা মকম খুদিংদা তৌবা য়াই। মনিপুরগাদি থাদোক্নবা য়াবা মশি কৈ অমস্নু মাবু হানবদি অতৈ-দা ওইকন খোক্নবাস্নু মুৎপায়াদবা প্রমান কৈ ঐখোইনা মতাং অমদা সন্দোকনা ইনবা থৌয়াং তৌগি।